# থবলোগী লৈরাং পেমচা

খোমজিনবা

এন. সি. ইবোহল



মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি
ইম্ফাল

ধুরলোগী লৈরাং পৈরচা

| | |
|---|---|
| খোমজিনবা | : এন.সি. ইবোহল<br>কোংবা নান্দেবম লৈকাই, ইম্ফাল-৭৯৫০০১। |
| অকোঙবা | : মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি ইম্ফালগীদমক<br>এন.সি. ইবোহলনা কোঙদোকচবা। |
| কোপিরাইট | : এন.সি. ইবোহল |
| অহানবা ফোঙবা | : আগষ্ট ১৪, ২০০৯ |
| মশীং | : ৫০০ (চামঙা) |
| মমল | : লু: ১০০ [illegible] |
| মখুম | : হিদাম পাত, সেক্তা<br>এন.সি. ইবোহল |

শংফম থোকপা পুস্তক অকোঙবগীনি।
ময়েকশিং অসিবু পাম্বীফবদি অকোঙবগা তান্নবিয়ু।

ISBN : 978-81-906458-3-6

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

সাহিত্যদা থৱাই য়াওজবা লমদমসিগী নহা ওইরিবা অইবা কয়ানা ইং ১৯৮৫ দা মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি শেমখি। ঐখোয়গী সংস্থান অসি ওসিদি সাহিত্য অকাদেমী, নই দিল্লীনা শকখঙবীরবা সাহিত্যগী সংস্থান অমা ওইরে। "সাহিত্যগী লৈচল" সোসাইটিনা পুথোকচবা থা ৬-৬ কী চেফোঙনি। সোসাইটি অসিনা সাহিত্যগী থৌরম কয়া লেপ্পুনা পাঙথোকচবি। মণিপুরী সাহিত্যগী শেবা তৌবিবশিংবু পুক্লিং থৌগৎচবা ওইনা "সেরাম মুক্তা শেলগী মনা" সু ইং ২০০১ দগী চহী ২-২ গী ওইনা পীবা হৌজরে।

মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা সোসাইটি অসিনসু মখল কয়াগী লাইরিক ফোঙদুনা হাপচিঞ্জরি। ঙসি ফাওবদা লাইরিক ৩৭ ফোঙজখ্রে। ফোঙজরিবা "ধবলোগী লৈরাং পেমচা" ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক অসিনা ৩৮ শুবা লাইরিকনি। সাহিত্যবু নুংশিবীবা লমদমসিগী অপাবশিংদা লাইরিক অসি শিন্নজরি।

তাং ৩০-৭-০৯

চোংথাম নন্দা দেবী
জেনেরেল সেক্রেটরি,
মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি

# ৱাহৈ খরদং

ঈশ্বরনা মীওইবা পুন্সিগীদমক খুদোল তম্বীরকপা - থম্মোয় - নুংশিবগী ঈরম কয়াগী ঈফুৎ কয়াগী তুংনফম ওইরিবা - থম্মোয়, থম্মোয় অসিবু পুন্সিগী অৱা-নুংঙাইগী শহুম্নরবা মাগী খুৎশানা মচেৎ মচেৎ লৌদুনা "লৈরাং পেমচা" গী ঈশৈ ময়েক ওইনা থম্বীরম্বা ঐগীদি অপোকপা - নোংথোম্বম ধবলো - নোংথোম্বম কহাই অমসুং ৱাংখেরাকপম নিঙোল নোংথোম্বম ওংবী তোনসীজ অনীগী মচা কোকহল লাইহলনি। অনৌবা পুন্সিরোলগী নৌনা ফংজবা মচা ওইবনা কেথোক মৌথোক্লা য়োক্লকখি।

মহাক্কী মপুবোক ইবুংঙোহল মপাশাবা/নন্দাশাবদা মমিং চৎপা অমনি। তম্বসু লাকখি - মহাক্লা শাথেক মোত তৌদুনা তম্বীবা ঐখোয়না ইকোয কোয়না যেংখি। ৱাংখেদা চহি খুদিং পাঙথোক্লিবা দুর্গা পুজাগী দুর্গা মুর্ত্তি অসি হেক হৌবদগী শিদ্রিবা ফাওবা মহাক্লা কৎলম্মী। শাবদি লৈকাইসিদা লৈবা কোনসম তোনা কৌবা লাই শাবা অসিনা শাই। লাইগী মমি তম্না শাবা হৌগৎলকপদগী অরোইবা শক্তম ওইবা ফাওবা মহাক্লা হিদাকফু থক্লগা ফমদুনা তাকই। মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা কোনসম তোনাসু ময়ূমদা শাখি। হৌজিক মহাক্কী মচাশিংনা শারি। মফমসিদা লাইশঙ অমা লৈরমই। মসিবু গোসাইময়ুম লোকনাথ কৌবা বামোন অমনা সেবা চৎলমই। মহাকসু ইংখোলগী মখা থংবা শরুক্তা ইমুং পান্না লৈরমই। ঈশ্বর অমা লাৎচবগী হৌনবী নোংমগী, থাগী, চহিগী ওইবা দেব কর্ম্ম, হরাও কুম্মে লেপ্তনা পাঙথোক্লমই। ঝুলন হৈবা, গোবর্ধন পুজা, কাং চিংবা, ৱারী লিবা, লাইরিক থিবা, নুপা/নুপীগী খুবাক ঈশৈ, কাং শান্নবা, লীলা শান্নবা, গৌর লীলা, মান ভঞ্জোন, রাস লীলা, মেজিক, সরকাস - অসুম্না -মঙ্গলার্তি, ধুপ আর্তি, সন্ধ্যার্তি নচিংবগী সেনবুং, কাংশি, ঝাল, করতাল, মন্দীলাগী মখোল - লোইননা নুমিদাংৱাইদা য়ুম্লোন কৈরোন্নবগী মৌ-লৈশাবীশিংনা লাইশঙবু ঈশৈ শক্তুনা কোইবা কয়া - থাবলগী মঙালদা নুমিদাংৱাই নৎত্রগা চাকচা তোকপগী ঈচীক থেমদুনা শুমাংদা মাঙ্গোলদা - রাম/সিতা বনবাস, গীত গোবিন্দগী ঈশৈ শকশোনবা, দস অবতার থিদুনা ইমুং মাঙ্গোল

কোয়না চৎপা - করিগুম্বা নুমিত্তসু চাবী থাবী গ্রামাফোন পুথোক্তুনা বেঙ্গোলি ঈশৈশিং খোংবা - অসুম্না - লিক্কোল শান্নরমই- শুমাং চাউরমই - থাবল চোংলম্মী।

মহাক্কী মপা ইবুংঙো নোংথোম্বম কহাই - লাইরিক ময়েক চৎপা মীওই অমদি নত্তে অদুবু মতমদুগী মমিং লৈরবা মীশক কয়া তোয়না লাকই নৈনফম ৱাতান্নফম ওইরমই। নীংশিংবা খরদি - মোইরাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবা, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, অতোম্বাপু শর্ম্মা, মহাভারত ড্রামা ইবা ইবোবি, পণ্ডিত কাশীরাম শর্ম্ম অসিনচিংবা। অসুম্না নীংশিংবগী মমল নাইদ্রবা মীহৌরোল অমা লৈরম্মী।

মসিগী মরকসিদা - ধবলো, মহাক্কী অহেনবা লমহেনবা মচৎ অমগা লোয়ননা হৌরকখিবনি। পূম্নমক ইতিন্দা তিন্নবা য়াবা, অরেপ্পা লৈতনা নুংঙাইথোকপগী ঈচেলদা মায়কৈ খণ্ডনা চেম্বা পুন্সি অমনি। লাইশঙ লাইমাং অমদা হেক্তা মখোল থোক্লা কপ্পা ওস্বা মীশক্কি।

মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী গৌরলীলাগী নিত্যাইনন্দ, ষনশেনবগী কৃষ্ণ শাবনচিংবগী শক্তম কয়া লাংলকখি। মহাক্কী নহা ওইরিঙৈ মতম ২শুবা লাঞ্জাও লোইরকপা ১৯৪৩-৪৪ গী মতমদা লৈকাইগী লীলা ড্রামা, ঈশৈ পামজবা নহা, অহলশিং - লৈমপোকপা চন্দ্রহাস, লোইতোংবম তোম্বা, থাংজম গোপাল, মৈতানকৈশংবম গৌরো, গোসাইময়ুম ইবোতোন শর্ম্ম, নিংথৌজম লক্ষ্মীনরান, লৈশ্রাম অঙাংমচা, ৱাহেংবম সেলুংবনচিংবা ময়াম পূন্দুনা ৱাংখৈ তোকপম লৈকাইদা লৈবা থাংজম চন্দ্রসিংগী সঙ্গোইদা "রঙ্গশ্রী" কৌবা ড্রামা হোল অমা লিংখৎলি। ইচম চম্বা শঙ্গোইদগী হোল ওম্লোকপনি। ঈংলবা ৱাকচিংগী মতমদা পুখ্রিদগী লৈখোম কোৎলগা ফক্লাং ৱাই তৈবনচিংবা তৌদুনা ৱাগী ফম্বাক শারগা শেমজিনবনি। মখোয় মেম্বর অমমমনা চৌক্রি ২-২ দগী তাদনা পুথোক্লে। চৌক্রি অমগী মমল লু: ৫ ওইরম্মী। নোংজু থাগী মতমদা উৎপা শোদি চরু ময়াম চাইথোক্লগা চৌক্রি থাদুনা য়েংনবনি। মতমদুগী মীয়ামগী হরাও পোৎথাফমনি। লাইবকথিবদি থজিন য়ৌনা চাওবা ঈশিং ইচাও অমদা হোল অসি তেকথরক্তুনা পূম্মাও মাঙখি। মসিগী মতুংদা ৱাংখৈ থাঙ্গপাৎ মপান্দা মফমদুগী লীলা পামজবা মীওই খরগা পূন্দুনা অনৌবা হোল অমা লিংখৎখি।

চন্দ্রসিংগী ইংখোলদা লিংখৎখিবা হোলদা শান্নখিবা ড্রামা খরদি - যযাতী, সাবিত্রি সত্যবান, নরমেধ যজ্ঞ নচিংবনি। মসিদা মহাক্না যযাতী, সত্যবান নচিংবা শক্তমশিং লাংখি। অয়েংবশিংগী পূক্নিং শুমহৎখি - মশক্নে, মতৌনে, কুচুনে কুমেন্নে - ওন্থোক্না ফজখি - মীনা কল্লক পামজবনি হায়না তম্লকখি। মখল মখলগী ড্রামাদুদা শক্তম লাংলম্বী নুপী খরদি - সাপম নুপীমচা, গৌরমনী দেবী, থম্বালঙৌবী, বিমোলা মচানচিংবনি। বিমোলা মচাদি অয়াম্বদা কৃষ্ণ শারমই হায়। ড্রামাগী অয়েকপা স্ক্রিন ময়াম অমা দলালদা লৈরম্বা ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা উখি।

মতম অমগী মেক্সুয়েল বাজাব (হৌজিক থাঙ্গাল বাজার) দা এন.এম. জেনেরেসন এন্দ কো. হায়না থোনবা মখল মখা কয়াগী পোৎ য়োনবা মহাক্কী দুকান অমা লৈরমই। মদুদা "লৈরাং পেমচা" হায়না মমিং থাবা পংতি চিংবা এক্সর্সাইজ বুক অমা য়োল্লমই। মসি মহাক্কী পোৎথোক্নি। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা শীজিন্নরম্মী। ৱাহৈসি ইংলিসনা ইবনি মথক্তা মরী চৎপা লৈ শাৎপা মপান থেকপা গমলা অমা লৈ। মসিগী মিং অসি লৌজরগা ঈশৈ লাইরিক অসিগী মমিং থোঞ্জবনি - লৈরাং পেমচা। বইগী মখুমদা য়েকখিবা গল্লা অসিগা চপ মান্নবা পিথ্রাইনা শাবা গল্লা ২ খকসু লৈরমই।

মহাক্কী পুন্সিনা মশা মরেং কংলবা লৈপালগুম ওইরক্লবা মতম খরদা ঐঙোন্দা ইরকখিবা চিঠি ২ খক লৈ। মহাক্না পীরকখিবদগী পংথম থমখিদা গ্রাফ পেপর মরক্ত য়াওরম্বদগী পামনা থমজবনি - করিগী থন্নি? - ইরমই - ইবোহল চানবা - খূৎই অসিনি থন্নিবা।

লাকপিন্না খীরোই অসি নত্তবা ঐ মহাক্কী ঈশেং থাক্লে। প্রতাপসু তোংনৱে ঐখোয় [illegible] যেক্নবা— মচুং মাগী পুথীননা [illegible] হায়রে। মতমু প্রতাপ [illegible] হাংনী থাক্লে।

লাইরিক [illegible] — মাইবা— Book shop [illegible] ঐখু [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]। [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] ঐ [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]

N. Dhabala Singh
২৭/৫/০৬

মহাক্কী ঈশৈ শকপিরম্বা শকপিরম্বীশিং উনজরুবদা হরাও হরাও ৱারী তম্বীরকখি নীংশিং ৱাফম কয়া হায়বিরকখি। মখোয়বু উনরুবা ৱারী শানবা ফংজবা - হৌখিবা মতমবু নীংশিংমিন্নবা-কয়াদা খোয়থুম্নখিবা - খোইহী চেন্নবা লিক্লানা লৈকাদগী চীনবান্দা তারকপগুম।

দোনেশ্বর কোনসম, মহাক্কী ঈশৈশিংগী মতাংদা মুন্না খঙবা মীশক্নি। মতমগী খোঙচৎ কয়া লোয়নরমখি। ঈশৈ ইবনি অইব মশেন পূনমিন্নবনি। ঈশৈ অমা অনীদা ওইরবসু চেফোংদা নৎত্রগা পূন্না ফোঙমিন্নবগী লাইরিক্তা হাপ্লবা য়াম্না তোয়না হায়। ঐগী অনীশুবা লাইরিক অমা ফোঙসিরা নমসিরা খন্দুনা লৈরম্বদগী মদু মথং চহিদা ইছোক্লগা ঈশৈ লাইরিকসি ফোঙজবনি। লময়ানবা প্রিন্টর্সকী থৌবু ওইরিবা মঙ্গীসু - মহাক্কা তোয়না লোয়নরম্বনা কন'না করি ঈশৈ শকখিবা কদাইদা শকখিবা কয়া তাকপিরকই। আকাশবানীগী নোরেন শর্ম্মা, বীরমনী মাইস্নাম্বনা আকাশবানীদা লৈবা ঈশৈ ময়েকশিং শিন্দোক্লুবা অয়াবা পীবিরকই। মসিগীদমক পূন্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসি ফোঙবা অমদি মখুম হাংবা নুমিৎ অমা পাঙথোকপগীদমকসু মণিপুরী লিটরেরি সোসাইতি গী মমল য়াম্লবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে হায়না থমজরি।

লৈকোলগী লৈরাং কয়া মালং ফৌরোই তুংইন্না থাজ কোরৌ মায়োক্ল মকা ফন্না শাৎচরম্বী - নুংশি লৈনম য়েল্লম্বী - মতমগী খোঙচত্ত লৈরাং লৈখোক লোয়দুনা চোয়না চায়না কেল্লকখিবা - মায়কৈ খঙদ চিকমাং চিকমাং মাঙখিবা উরুবা - পাখৎচদুনা - কোয়খোম খোম চরৈফিনা য়োমদুনা লুবাক্লুংদা হাপচবনি - লৈরাং পেমচা।

এন.সি. ইবোহল
কোংবা

# মনুংগী লামায়দা

# খুরুমজরি ইমা অয়ুক লাইরেম্বী

খুরুমজরি ইমা অয়ুক লাইরেম্বী !
সনা ফীগে থোনবী তম্ফা য়াইয়োইবী ।।

শিল্লম খঙবী পলেম শিন্তাক শিলহৈবী,
পূক্লিং লৌশিং থোইবী, থোইনা পাছোইবী ।।

চিংশিলবিয়ু নঙগী শিছা ফম্বাক্তা
পাঙহনবিয়ু ইথৌ ঐগী নোংমগী

শিংজরমগে লম্মন মপোকসিমগী
লানঙমদ্রবা পলেম পছৌ অনীগী ।।

# কৌজরিয়ে নঙতবু নঙবুতবু তানবা

কৌজরিয়ে নঙতবু নঙবুতবু তানবা ।
নোংদোল পক্লা ব্লাংলবা, লোইবী চীংদোল নাপোমদা
মীচিক মীখোল তাদবা, অমম লৈশা লোক্লুংদা ,
তাইবং কনা য়ৌদবা, ঈপাক ঈরেল ঈনুংদা ।।

পুন্সি মতোল লোল্লকপা, তলা মতোল তেক্লকপা
নুংশি নঙগী কোলোইনা, অমং য়াইথোং কুম্নগে,
নশুং লাংগী খাম্বীনা, য়াইবি পোলাং মৈথাগে,
খাইনা মৈচাক ঈরিনা, ব্লাখৈ মৈতাল মুৎনগে ।।০ ।।

# হে মপু...

হে মপু! ...

অকাউবা কৌববু শেম্বীবা শেম্বী হৈবা!
কাউদবা কৌবসু শেম্বীয়ু শেম্বী হৈবা ।।

ওইদবা পুন্সিগী নুংঙাইবা খাংঙুথক্কী
তাইবংবু তাউহল্লি নীংবগী ঈপাক্তা ।।

কাউগনবা তাইবংগী অকাউবা মরকসিদা
কাউদবা কয়াগী উরোংসু য়ুংহল্লি ।।

ইনশিল্লু ননাইবু অৱাবা ইথৌদা
কাউদবা ঙমজগে নহাকপু মতম চুপ্পদা ।।০ ।

# খুরুমজরি ননাইনা, ঙসি কৌবা ইবুংঙো

খুরুমজরি ননাইনা, ঙসি কৌবা ইবুংঙো।
পীনবিয়ু ননাইদা, নৌহৌনবা পাংগনবু ।।

লিরি হুম্বা মালংবা, থৌগল মকা লামজবা ।
নৌহনবিয়ু ননাইগী বাখল থম্মোয় পুন্সিবু ।।

থম্মোয়নুংদা লেংজবা, কোরৌ ইথৌ পরেংসে ।
তেক্ত কায়দ পাঙজগে, ঙসি ঙম্বা শকচগে ।।

ঙসি ঙসি ঙাইবদা থাজ থাবুং থাগোন্নে ।
থাবুং তরানিথোইনা চহি কুমজা ফানৈদো ।।

ঐগী পুন্সি পোলোইফাও, ঙসি ঙম্বা ওইজগে ।
পীনবিয়ু পাংগনবা, থৌহনবিয়ু নৌহৌবা ।।০ ।।

মৈরাং পেমচা

# কদমগী মথক্তা যমুনা মপান্দা

কদমগী মথক্তা যমুনা মপান্দা
পূক্লিংবু হূদুনা বাঁশি খোংলিবা
মীনম্বা নঙনি ইকাইবা খঙদে
নিংথিবা লৈতেংদ পকচদে পক্লদে ।।

শুমহৎপা নঙগী বাঁশিগী খোঞ্জেলনি
হূদুনা পুম্রে পূক্লিং ঝাখল
কাউহললে থম্মোয় থঝায় হকচাং
ঈরাক্লরে যমুনা ঈচেন্দা ।।

নঙগী লীলা কনানা খঙগনি
কৌজরি নঙবু গোপিকা নাথ
জগৎ ব্রহ্মাণ্ডবু শেম্বীবিবা
চঙজরী নঙগী শ্রীচরন্দা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## থম্মোয়নুংগী বীনাদো

খোংদ খোংবিরো নঙগী থম্মোয়নুংগী বীনাদো
পূক্লিং হূরবা সুরদো ।।

লোইদাম কযা ঙাইবদা তৎখিদৌবে ঐহাক্কী
ৱাখল পরিং তাবাদো ।।

ঈখৌ লাংবা থম্মোয়নি লুপহনবিরো নহাক্কী
ভৈরবী সুরগী ঈচেন্দা ।।

নঙগী অতাঙবা সুরদা তিঞ্জগেকো ঐহাক্কী
পূক্লিং হকচাং থৱায়সে ।।

ঐগী অরোইবা য়াহিপ্তা তাহনবিয়ু অমুত্তং
শুমহৎলবা সুরদো ।।

লানঙমজগে থৱায়সে তাইবং মালংপানসিগী
ঈপাক ঈরেল ঈচাওসে ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# হায়য়ু বৃন্দে চান্নথোইবী

হাযযু বৃন্দে চান্নথোইবী
কবি উপাই লৈবিবগে,
বৃন্দানি নঙদি বৃন্দাবনগী
লৌশিং চাউবী বৃন্দানি ।।

ঙম্লবোই ঐদী ঙম্লরোই
মৈচাকসে খাঙবা ঙম্লরোই
চোংথদুনা শ্যাম কুণ্ডদা
বাধাগী থব্রায় থারগে ।।

হযেংমুক্তি মপোক্তদি
তুলসি বৃন্দা ওন্দুনা
ঙকশমগী মালা ওইজগে (ইবুংঙো মাগী)
সেবা মতোল লোমজগে ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## শেম্নীহৈবা হে খুৎশেম মপু

শেম্নীহৈবা হে খুৎশেম মপু
অমম অঙানবু শেম্নীরিবা
তাইবং মরূ অপানবা
মীৎলু মরু অহেনবা ।।

পোম্না শাৎলে শাৎনা কম
পোমশাৎনরে ময়াই ৱাৎ
লৈরাংনা লৈকা থনজবা
চীংঙু নঙগী ননিংনী ।।

অমম অঙাল লংদাইদা
ৱাংলেন মীকুপ অমত্তং
নোংথাং কুপকুম কুপ্নীযু
লমজিং মৈরা ওইবিযু
লানঙমজগে ঈপাক অসে ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## চানবিবগী মপু চানবিহৈবা

হে চানবিহৈবা চানবিবগী মপু চানবিহৈবা
চানবিবনি খঙনা চানবিয়ুকো
পংলবিনি ঐদী পঙশিন্নরি
পাপ চেনবিনি খঙনা চানবিয়ুকো ।।

শেম্বীরকপা চার লৈরাং চারনি
(খিকপিয়ু) খিকপিরকউ মরিক থৌজাল মরিক
শাংহনবিয়ু লৈরাং লৈশাং তম্না নুংশি লৈরাং
য়ানহনবিয়ু মহৈ পুন্সিগী মহৈ ।।

হিংচা য়াইতম কয়া কোটি কয়া
মহা পাপ্পী কয়া কয়া কয়া
লানবিনী নঙনা চানবিবনি
ননাইনিনে ঐসু চানবিয়ুনে ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# হে তাইবং শেম্বা মপু

হে তাইবং শেম্বা মপু
খুৎশেম অহুম্মা তিনবাও
কৌজরি ননাইনা হুঁ-হু-য়ি ।।
নীংববুসু পুম্নমক উবা খঙবা
মহাক ওইবা ঐহাক ঈহাক্ক
তাইবং অসিবু কমদৌনা য়েংলমগবা !
অকায়বা য়েংদুনা কায়দবা থিসি
অখুবা লম্বীদো কদাইদনো য়েংসি
লৈয়ে হায়নরবদি লৈরমগনি তানসি ।।
করি থোক্লে চৎনবীগা কায়দবগা ?
কনাগীনা করিনো তাঞ্জাবগা কায়দবগা
অথৌবনা কনানো মতমগা কাইদবগা ।।
নাব্রাদসু কপ্পকই ঈথৌরবদা
অব্রাংপা খরনা খর কায়রবদা
কায়দে কৌগদ্রা চৎনবিনুংদা ।।
কায়ননবা লম্বীদি মায়কৈ থুংগ্রে
য়ৌনৈ চৎনরিবদুনা কদাইনোনে
য়েংলুসিনে থিরুসি অদুবুনে ।।
শাৎলিবা লৈরাংপুম্বা নম্লুগনি
পাইরিবা খোইমু পুম্বা ফারুগনি
নাইতোম পোক লৈরাং খোইমুবু খলহল্লসি ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# থাশি থানিলগী অশেংবা শক্তমগা

থাশি থানিলগী অশেংবা শক্তমগা
লোয়ননা লাক্লে নুংশিবী মেরা ।।
নিংথিবী মালেম্নি লৈতেংবীররে
পাম্ছোইবী ইমা, বিজয়া দেবী ।।
ফৌওইবী ইমাসু হরাও তয়ামজৈ
উরৈসু লৈতেংজৈ মেরামেল তাংবন্দ ।।
সনারৈ পরেংনা কোয়না লৈরাংজৈ
মুশিবা মেরাগী মৈরা মৈকোইদা ।।
মেরাগী পূর্ণিমা মহা পূর্ণিমানি
সিবশালী রাস মহা রাসনি ।
ভক্ত ভক্তিগী চন্দনগী চন্দন্নী
ঙাম্ছোইবিরি শ্রীগোবিন্দ রাশেশ্বরী ।।
কচ্চরি পূজা পূক্লিং তুলশী
লক্ষ্মী মাতা ইমোইনু ইমাদা ।।
লৈরাং পরেং মৈরা পরেং
পরেং পরেং থাশিগী অহিংদা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# খুরুমজরি ইমা অয়ুক লাইরেম্বী

খুরুমজরি ইমা অয়ুক লাইরেম্বী
সনা ফিগে থোনবী
তম্ফা য়াই ওইবী ।।

শিল্লম খঙবী পলেম
শিন্তাক শিলহৈবী
পুক্লিং লৌশিং থোইবী
থোইনা পানথোইবী ।।

চিংশিনবীমু নঙগী শিহ্না ফম্বাক্তা
পাঙহলবীমু ইথৌ ঐগী নোংমগী
শিংজমমগে লমন মপোকসিমগী
শিংঙমদ্রবা পলেম পন্থৌ অনীগী লমন ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# লমজিংবিয়ু হে লময়ানবা

লমজিংবিয়ু হে লময়ানবা
তোল্ল পণ্ডল মীতমপোক্লি
লমফাংলবা পুন্সিসিদা ।।

চীংখৈ ফীদুপ হল্লকপগুম
থম্মোই ফীদুপ হলহনবিয়ু ।।

কৌরৌ মশেক ঙাল্লকপগুম
তাইবং লম্বী ঙালহনবিয়ু ।।

মালেম লৈগী থৌদাংগুম
শিল্লা শিন্নাক শিন্দমবিয়ু ।।

নোংদোল খৈনা বাংবগুম
পূক্লিং বাখল বাংহনবিয়ু ।।

পাউজেল পাউখুম লোল্লগা
মপু নাক্তা য়ৌহনবিয়ু ।।০।।

লৈরাং পেমচা

# য়েংঙউ য়েংঙউ ইমাসে

যেংঙউ যেংঙউ ইমাসে, পোইবৈ মৈতৈ পোকপীসে,
মালেম লৈকোই পূংশিগী, তোমথিল থাম্বা তম্ফানি ।।

লাইজথক্কী থম্বালগী, চীংন কোয়না পনশাবী,
নীংন লৈবাং লৈকোন্নি, চানিং হৈবাং হৈকোন্নি ।।

তাম্না শৈহেক শৈদমশঙ, থোংন মেঙবা মালংকোন,
হিয়াই-লনগৈ পূক্কেনি, মহাও মযোল পেবেনি ।।

নবা চাউদ্রি ৱাখলগী, খোম্লাং ঈথক হৌবিবী
কল্লক য়েংথি মায়য়োক্ত, খুদুম চিঙনা নাওযোকপী ।।

হেবু মৈতৈ পাথৌ! ৱাখল লিচিং মান্ননা
শমু মাঙদা চঙশি লাউ, তুংগী চেঙজেল লাঙশি লাউ ।।

# শাৎলে শাৎলে মকা লাম্না

শাৎলে শাৎলে মকা লাম্না
চীংলৈ লৈরাং ফন্না ফন্না,
মৈতৈ পোইবৈ সনা কৈথেল
কাবে কাবে খৈনা ঙৌনা,
লোইবি লান্না শৈদমনরে
শক্লে শক্লে মৈতৈ ফাওনা
পাইবে ফিরাল লৈথেৎ অহুম
সনা পুংফা লৈমা য়োন্দা,
লেংথোংলরে তরা চৈনা
ফাৎলে ফাৎলে যাংদৌ মবিল ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## ইমাও অপোকপীও

ইমাও অপোকপীও!
পলেম পোকপী ইমাও!
পঙ্গৌ পোকপী ইমাও!।।

পিরাংনা লৈকা থনজবী
তাইবং মণ্ডাল পীরিবী
থম্বাল মানবী মায়খোংনী ।।

লুখোং পোংলুম পুরিবী
নাবা খোল্লাং ইল্লিবী
য়াংদৌ হেদো লময়ৌবী ।।

লোক্তাক খরা শাজবী
খারি লবুক শিল্লংবী
পারি খোঙদোই হুলহনবী ।।

নোংয়াই ইতু শিঙ্খাবী
শিলহৈ মহৈ হেকচবী
মমোম লৈশাং তমহনবী ।।০।।

# মঙাল ফংদ্রবা অমম্বসিদা

মঙাল ফংদ্রবা অমম্বসিদা
ঙাইদুনা লৈরি পুন্সি অসি ।।

চানিংবা পোক্তে, মহাও খঙদে
অরাম্বা লৈতে, খৌরাংবা পোক্তে ।।

লৈনমগী নুংশিবা, চুমথাংগী ফজবা
হুন্নকপা য়ৌদে, উহনবা ঙমদে ।।

মালংগী ইপোম, নোংলৈগী নুংশিৎ
য়েরবা ঙমদে, হুন্নকপা য়ৌদে ।।০।।

# ফজৈদা ইমাও, মতমগী লাইরেম্বী

ফজৈদা ইমাও, মতমগী লাইরেম্বী
নহাক্কী শাইয়োন্দি, অরেপ্পা লৈতেদো ।।

চূমথাংগী মচুনা, তমজন ওইরবা,
অঙকপা ইমাগী, অওনবা ফীজোন্নি ।।

নোংথাংনা লিশিংগী হেল্লবা খূৎকাপনি,
সমদ্রু ঈথক্লা, কিজবা খোল্লাওনি ।।

নঙতগী ঈরৈদা, অঙকপা খোঙচত্তা,
তাইবংদা লুপ্লরি মালেম্মা তূম্নরি ।।

কোলোমগী মচীনসু, ব্রাখলগী ঈচেলসু,
ইনিংঙাই লৈতেদো - য়ৌনিংঙাই ওইদেদো ।।০।।

লৈরাং পেমচা

# ঙাওরেদো ঐদি অঙাওবী ঐ

ঙাওবেদো ঐদি অঙাওবী ঐ
ফজবা খিবিক যেক্লবেদো
পামজবা মখৈ মাঙজবেদো
ঙাওদুনা লেল্লে পুন্সি অসে ।।

চীংখৈনা ফীদুপ হুল্লবদা
লৈবাংনা লৈশাৎ তল্লবদা
কংলেদো লৈকা খূদিংদুদা
অশাবা পিগী লিক্লাদুদি ।।

অয়ুক্কী লিবি মালংবও:
অনৌবা পাউজেল চেল্লিবিও:
নৌহৌনা মৈচাক হাপ্লীববে
অঙাওবী ঐগী নাপ্লসিদা ।।০।।

লৈরাং পেমচা

# তৎখ্রেদো ঐগীদি তেলঙ্গা

তৎখ্রেদো ঐগীদি তেলঙ্গা
ৱাংখৎ অমুক নেমথা
মালংগী ইপোমদা পাইরম্বা ।।

মকোকসু মমৈসু খণ্ড্রেদো
লৈনবু লৈনদি হমখ্রেদো
ৱাখলগী ৱাংমদা পাইখ্রেদো ।।

মীৎতনা য়েংজবা ঙাইরেদো
খুৎনদি লামজবা ফংদ্রেদো
তেলঙ্গা পুন্সিদি লোইরেদো ।।

হন্দক্কী মপোক্কী পাইররোই
অমুকসু হন্নদি শাররোই
মালংগী মায়কৈসু য়েংলরোই ।।০।।

লৈরাং পেমচা

## হায়দোক্লরোই পুন্সিসিগী

হায়দোক্লরোই পুন্সিসিগী
তোয়না তোযনা হংলরনু ।।
শাংলসনু লকানুংদা
ফৃইনা ফৃইনা মকালাম্না ।।
মালং ইপোম ঝাংমসু
লোন্ন লোন্ন শাংলসনু ।।

তাইবং মীকপ থোকহল্লরোই
নুংশি পিরাং চেলহল্লরোই ।
খোমলেন তৃমখুন তাল্লসনু
মঙলৈবাক্তা শাংলসনু ।।
পুন্সি লৈরাং কংলবদা
লৈরাং মাসু কংলসনু ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# চীংনুংগী তাম্না হোঃ চীংনুংগী তাম্না

চীংনুংগী তাম্না হো: চীংনুংগী তাম্না
খোংবিবক্লো হো: চীংনুংগী তাম্না ।।

নঙনা খোংবা লেপ্লদি
চীংমায় ফুক্ল কিস্থরে
উরৈ খিবিক কপ্লরে ।।

নঙগী খোঞ্জেল ঙাইবদি
উপাল হৈপাল কংনরে
উমং ৱামং কোক্লবে ।।

নঙগী শুমহৎ খোঙ্গাংদো
থম্মোয় খৃদিং শুমহৎলো
মালেম অসে শংহল্লো ।।০ ।।

# কয়াদি নিংথিজৈ

কয়াদি নিংথিজৈ মথোলগী মথোলদি,
অতিয়া পাকলবা নোংমদোল মথোলদি ।।

লৈবাংগী ফুরাদি তিংখংগী লৈতেংদি
নীংজবা ম্রাখলগী পরেংগী পরেংনি ।।

থব্রায়না তাজবা লংহিনি অঙাংবা
মিবাংগুম তিংজবা মীৎয়েংগী ম্রাংমদা ।।

নুংশিগী থম্মোয়সু য়েক্লগী লিংজেলসু
পুনখিবা পরেংনি, য়েংখিবা লংহিনি ।।

অমম্বা য়াংদৌদা পচুংফম খঙদনা
অপাম্বা লাইয়ুমদা পুন্সিবু পোম্বাবা ।

কপ্লগা নোক্লিংঙি নোক্লগা কপনিংঙি
খিলহৌই উরোংনা, লৈরোংনা কংহৌই ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## শুক্ল মন্নবা থাশিগী অহিংদা

শুক্ল মন্নবা থাশিগী অহিংদা,
থিজরি নঙবু কৌজরি ঐনা,
লৈরাংগী লৈখোঙদা, থাবল্লে মরুমদা ।।

বাখলগী লিচিংনা য়ৌনিংবা য়ৌজরুই
থম্মোয়গী লৈরাংসু নিংথিনা শাৎচরুই ।
লেঙদবা হকচাংসু লেপ্পুনা লৈজরুই ।।

পিরাংগী ঈচেলদা মালংনা থৌইনজৈ
লৈনুংগী হারিনা অহোইনা খোংগৎচৈ
অমম্বা অচিকপা পুন্নবু খোঙদাজৈ ।।০ ।।

# শাৎলিদো অরিবা লৈরাংনা

শাৎলিদো অরিবা লৈরাংনা
খাইনৈদো অনৌবা ৱাখলনা ।।

লৈবাংবু মালংনা কিহল্লি ।
লিক্লানা লৈরাংবু শাৎহল্লি ।।

অপোম্বা লৈরাংনা মিপাইহরি ।
শাৎকদ্রা শাৎলোইদ্রা চিংনরি ।।

লৈখোক্লা লৈরাংদা ইনশিল্লি ।
পোমদুনা লৈরোনে পুন্সিগী ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# হায়দোকপা করিগী ওমহন্দে

হায়দোকপা করিগী ওমহন্দে
পিরাংবু মরোল থোকপরা ?
অসিবু থম্মোইগী ঝাহংলা
খওনিংবা মাগী পাউখুল্লা ?

অচিকপা নওবু ঙাইবদা
পোৎথাবা খওদ্রে মহাক্তি -
ঙাওচৎনা উইনে মীরক্ত
নোক্লুবা থেংনৈ মীতোপ্তা
ঝাহং পাউখুম লৈজদ্রবা
লোস্থোক্তবা থম্মোয়রা ?
তোর্বান 'নিবু খাইদোক্লবা
কংশিল্লবা ঈচেলদা ? ।।০।।

লৈরাং পেমচা

## হুন্দোকপিরম্লে ঐদি

হুন্দোকপিবম্লে ঐদি
লেপ্তবা লাইজগী ঈচেন্দা

অকনবা ঈচেন্নি অকুবা ঈবৈনি
চেহুবনি শোয়দনা লুপশিল্লনি শিবনি।।

অঙন্বা লৈবাযনি অনানবা লৈমায়নি
কর্নবিনিংঙাই লৈববোই কনাসু উরবোই।।

হে লাইজ, ঈচেল অশেংবা
পুবিযুকো য়ৌনবা থল্লায হুকচাংসে
মপান নাইদ্রবা থৌজালগী ঈপাক্তা।।০।।

# ঐদি চৎলে ৱাখলগী ৱাংমদা

ঐদি চৎলে ৱাখলগী ৱাংমদা
অদুঙৈ লৈরাংনা কেনখিবা মফমদা,
ঈরাক্ক থম্মোয়না পিরাংগী ঈচেন্দা
ৱাকৎচৈ ৱারীজৈ অকম্বা লৈরাংদা ।।

কপচরি তেংথারি লৈনুংগী হারিনা
অহিং খূদিংদা অরেপ্পা লৈতনা,
অচিকপদা ওইনজৈ চীংনুংগী তাম্মানা
মিরবা খোঞ্জেল্লা কায়নবা খোল্লাংনা ।।

কেন্দুনা মাঙইদো চীংগীদি ইঙেললৈ
লাংওন কয়াগী ৱাশক ৱারেপ্তা
নীংজবা ভাইজরি খোঙনেম্বী লৈপাকলৈ
কোক্লবা লৈকংলা ইকাইবা ৱাংমদা । ।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## লেপ্লুই ঙসিসু ইমাগী থোঙ্গান্দা

লেপ্লুই ঙসিসু ইমাগী থোঙ্গান্দা
উরকই ইমাদো মৈখু মরক্তা
চাক্লুম্বা মৈরীগী অকাউবা নূংথক্তা
কায়নবা কনাগী ঙসিগী পোলোইদা ।।

কৌজমখৈ খুন্নমদে কপ্লম্মী ইমাদো
নোংদোল মায়কৈ তমখিবা অচিকপদা চিকনা
নীংশিংহল্লি নৌহৌনা কায়নরবা পিরাংনা
অকাউনবা তাইবংনি নুংশিবনা কাইনবনি ।।

নুংশি নুংশিবা ঈরিক মরিক্লা
পান্দম্লরবা মীৎলুগীদি পিরাংনি
কপ্লগা কায়নরি কায়ননবা কপ্লরি
কংনরি কংলবা অকাউ-উৎপূং-থক্তুদা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# মেলৈ লৈস্না নুংজুমপাল

মেলৈ লৈস্না নুংজুমপাল
কলক মীখুৎ কিবনা চীংজাও পামেল ওংজবী
চীংজুম লাইজ থকনিংদ মালংদ পুক্সি লোৎচবী
চীংলৈবাক্কী নুংজুমপাল মেলৈ লৈস্না নুংজুমপাল ।।

লৈরাংনা নপাল ফবিঙৈ লৈবাক্ল নিংথৌ পাল্লিঙৈ
লৈবাংবিনবা ঘ্রাৎলমদে শৈবাংবিনবা তোল্লমদে
লৈমা খূৎতা য়ৌরম্মী, নিংথৌ নাপ্পদা থেৎলম্মী ।।

কবি ঘ্রাৎকনি লৈনুংশি তাইবং পূক্লিং শুমহৎপী
নশক্লা নঙগী নগুণনি নতৌনা নঙগী লৈতেংনি
অপাম কাদা য়ৌনরি নুংশি নাপ্পদা চিন্নরি ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# হিংখিগদরা ঐবু উখিগদরা নঙবু

হিংখিগদরা ঐবু উখিগদরা নঙবু
কয়া কুইবে ঙাইজবক্লিবা
মতম শাংলে খাঙজরক্লিবা ।।

চুরক্লি কুমগিদি নোংসু
চোংলক্লি নৌরবা ময়োলসু
হুল্লখিদরা য়েন্নিংদো
কংলবা ঐগী থম্মোয়দা ।।

লুখ্রাবী কনাগী খাংপোকথক
তাংজবা য়েনশিল্লে মতৌগুম
নিংখায়বা কংলাগী চেকপনথক
নপচবা পেরুকলৈ মওংগুম ।।

নীংজবা মাগী লৈকাদা
হিংজবা ঐগী থব্রায়নী
লৈপান্না লৈখোঙ লোৎখ্রগা
তাংজবী উরিনা কৈদৌনি ।।০ ।।

# লমফেল নব্রা কোমবিরৈ

কোমবিরৈ কোমবিরৈ লমফেল নব্রা কোমবিরৈ
কুমশিং কুমথা ও: কুমওন লৈ - লমফেল শিন্নবু শাৎলম্বী
লৈরাংনা-লৈনুং লৈতম ফাদনা কেনখিবা কল্লকই ।।

লৈরাং নঙনা মাঙখিবা লমফেল পাৎতগী তাকখিবা
নীংবা করি কায়বনো, নুংশি কনাগী ব্রাশকনো
কোলোই নপাউ: তন্নখো - লৈরাং নঙবু হল্লকখো ।।

লৈরাং নঙদি খঙদ্রবোই নুংশি নঙদি কাউরবোই
পাৎয়াগী নপিজা কয়াদী নীংবা কায়না কপহৌরী
অশৈবা কনাগী থম্মোয়সু পুন্সি চুপ্পা নুংনাংলি ।।০ ।।

# করম্না খাঙঙুগে থম্মোয়গী মৈচাকসে

করম্না খাঙঙুগে থম্মোয়গী মৈচাকসে
অতৎপা লৈতনা প্রলোইবু চাকলিয়ে।

লৈরাং উরে অশাৎপা হেক্লুবসু ঙমজদে
মীৎলু পিরাং পিরোইনৈ নীংশিং ৱারী শারকই ।।

অপাইবা লৈচিল তুমবক তুমবক
থাবলগী মঙাল মুসি মুসি
অচিকপা লমহাং মচোই মচোই
ইতোম্বা তৃমিন্না পাউখুম হংলুই ।।

কল্লক নোংলৈ নোং নুংশিৎ
শুক্লা মন্বা অথেংবা অহিং
থম্মোয় ফুক্লা অখাক অরাও
তুজুং নাচিংনৈ শোকখিদ্রা মিপাইজে ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# পুর্ণিমাদি পুর্ণিমা

পুর্ণিমাদি পুর্ণিমা
লমদা থাগী পুর্ণিমা,
শাবি শানৌ খোয়রাংথা
চহি চুপ্পা ঙাইনা থা ।।
নৌনা চোংবা ময়োল্লক
কোকিলনা হূনা খোংবদি
কনা পূক্লিংসু তুজুংজে
পোমশাৎনরসু ইকাইজে ।।
লিরি কাইদ হুল্লিবা
ইপোম পুবা মালংবা-ও
লৈয়োল লৈদা লৈরাংঙৈ
থোইনা মথোং কাহল্লি ।।০ ।।

## লৈরাং পেমচা

# ইমা ’নুংদগী ইমা

ইমা ’নুংদগী ইমা
লাইরৈ ’মাদি মৈতৈ ’মা
কোলোই মিংলেন মণিপুর।
খোমলেন নৌবা চাওদ্রিফাও
লিকফাং চোইনা তৎখিনি
চীংনা কোয়না চীংগোইবরা ?
নৌবা য়াকাই য়াকপ্তা
পূকথেম ঙাথেম পীনবা
লাইজ (ন) কবোক পোকপরা ?
শামান্নবা পাঙ্গলদা
শাথেং মায়য়োক য়ানবা
হৈরিক চ্যুম্ন হৈরাংবরা ?
হে লৈকোয় ইমা-ও
ককই ককলাং চুরিবী
কৈদৌঙৈ শন্নাং কুম্নাংনি ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# ছন্দোকপিরম্রে ঐদি

ছন্দোকপিরমলে ঐদি
লেপ্তবা লাইজগী ঈচেন্দা

অকনবা ঈচেন্নি অরুবা ঈরৈনি
চেছ্রনি শোয়দনা লুপশিল্লনি শিরনি।

অঙম্বা লৈরাইনি অনানবা লৈমায়নি
কনবিনিংঙাই লৈররোই কনাসু উররোই।

হে লাইজ: ঈচেল অশেংবা!
পুবিয়ুকো য়ৌনবা থব্রায় হকচাংসে
মপাল নাইদ্রবা থৌজালগী ঈপাক্তা।।০।।

লৈরাং পেমচা

## হৌরো হৌরো ইমা মৈতৈপোকপী

হৌবো হৌরো ইমা মৈতৈপোকপী
লোইবি-চীংশাং, নাপোম তময়াসিদা
থাজ কুমজা কয়া চেপখিগবা ।।
তেনশিল্লক্রে অবাং কৌক্রু শুপ্পা
তাকশিল্লক্রে লোক্তাক ঈশা মাপল ।
নিংখাইরকলে মৈতৈ পূংলেল কংলা ।।
কদায়নোনে মৈতৈ কুমজিং ফীজোল
চাইরি শিরা লমহাং তুহাং, থুংনা
খোঙগাওনরে পলেম উফুল লক্তা ।।
হুমলে ইমা তরেৎ শেংগাও নুংদা
লৈত্রে 'পোকপী ফৌগৈ লনগৈ পূক্কে
কংলে পলেম য়াকন লৈকংলাবু পাংখক ।।
মকল শিরা সনা লৈয়োম থরোসে
য়োল্লসিরা ফীশেৎতবী 'মাসে
মৈথাবসিরা খোমলেন তূমখুল তালঙৈ ।।০ ।।

## মালেম নুংশিবী তাইবং থবায় কোল্লিবী

মালেম নুংশিবী তাইবং থবায় কোল্লিবী
হিংলে হিংলসু শিবে শিনা নাউকোনবী
ইমা নওগুম্বী লৈরোই মপুগী লৈবেললদা।

লমদম পোক্লফম পলেম ইমা নুংশিবী
নচা চানবীবী নুংশি খঙনা য়োকপিবী
শিংলম্বা ওল্লরোই ইমা নওগী খোল্লাং লমন।

খোচ্ছাং য়ৈরক্লি থম্মোয় মন্দির নীকহল্লি
মিরবা খোঞ্জেল শাফু কল্ল ঈথীলনা
নংহৌরোই তাকলি ইমা নীংওমহৌরোই খঙহল্লি ।।০ ।।

# থাবল লৈরাংনি থাবল্লে

থাবল লৈরাংনি থাবল্লে
কোরৌ মশেকপু কিবনা
থাবলদদবু শাৎচবী ।।

চান্নথোইরবী লৈরাংনি
অহিং চুপ্পবু লোইনবী
থাজ মাগীদি থাবল্লে ।।

নুংশি লৈরাংদি লৈনম্না
মালেম ফুগাইনা শাৎচবী
মালং খোঙলোই লৈরাংনী ।।

নঙগী নুংশি শৈশকপু
শাবি শানৌনা শৈদান্নে
পাম্মু নুংশিনা শৈদম্নে ।।০।।

## শোনবিরনু লাইব্রাদু

শোনবিরনু লাইব্রাদু
তাইবং মীপোক ঙাওহনবা।
লৈরাং লৈখোক লোয়হনবা।।

নৌজরিবী ঐহাক্কি
পোমজরিবী লৈরাংনি।
নৌনা পুক্সি মাঙনিংদে
শাংঙমদনা কেন্নিংদে।।

নিংথৌ কয়াগী নিংথৌকোন
লৈরাং কয়াগী লৈরাংকোন।
নুংশি মৈনা ব্রায়নখি,
তুম্না চাকখি - মাঙনখি।।০।।

ৈলরাং পেমচা

## ৈলরাংও নিংথিবী

ৈলরাংও নিংথিবী
পামেল উজাও উথক্তা
নুংশি ৈলশাং তম্লিবী ।।

ৈলরাং ৈলশক উরগা
শিঙেল নতৌ য়েংলগা
মালং ইপোম হৌজেদো ।।

ৈলরাং কাদা য়ৌঙমদে
শিঙেল নাক্তা লাকঙমদে
পূক্লিং ৱাখল ৱাজেদো ।।

হন্দক্কী মপোক সিমদি,
ৈলরাং ৈলখোঙ লীররোই,
শিঙেল ৈলথেং তম্নরোই ।।

উজাও পামেল মখোঙদা
ৈলরাং ৈলশক য়েংলগে
শিঙেল ৈলখোঙ শঙলগে ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# চোইজাইনবা শম্লাংলক্তা

চোইজাইনবা শম্লাংলক্তা
চীংহি মনম্মা লোৎচবা,
মালংবনা হুম্লকপদো
লোৎফম খঙদ ঙাওরেদো ।।

থম্বাল মানবী মায়থোঙশু
মূনা মূনা য়েংজেদো ।
হয়াও ঈথোই ঈথক্তা
হাইনা হুম্ম শাম্লেদো ।।

লৈনম পাম্ব খোইমুশু
ঙংনা ঙংনা পাইরকই
নৌদা নৌবি খূৎশানা
লৈনা লৈনা তানজেদো ।।০ ।।

## নঙসু হায়রোনে, ঐসু হায়রগে

নঙসু হাযরোনে, ঐসু হায়রগে
নঙগী ঐগী ৱাহৈসে, পরেং মপুং ফারসে ।।

পুংজা কয়া ঙাইবদা, তংন তংন তংখরে
খোযরুম মোমোন মীনোক্তা, অকাউ পরৈ চনখবে ।

থাবল ইপোম ঈচেলগী, ৱাখল লৈরাং পরেংদি
নুংশি মৈশা খাঙবদা লেংন লেংন[১] কংখরে ।

কুমজা কয়া শেমজবা, পাম্মু নুংশি নাচোম্নি
উনরগা লংনবে, ইকাই নুংশি পীঙমদ্রে ।।

হুকচনিংবা লৈরাংনি, থম্মোয় শেংনা লেংজবা
পুক্সি পূন্ন পূন্নবা, ৱাখল থম্মোয় পূন্নবা ।।০ ।।

১ *লেংন লেংন = লৈ লেংন লেংন।*

# নওগী হু-তৈরবা থৌরবা

(ব্রাহৈ) নওগী হু-তৈরবা থৌরবা
কল্পকপগী তিংখংনা য়ুশিল্লবা
ঐগী থস্মোয়গী ময়োন্নি -

(ইশৈ) হুল্লরোই অনৌবা ময়োন্দা,
কেল্লনি লৈনানা লৈয়োন্দা,
কল্পনি লৈরাংনা লৈখোক্তা,
লোংখ্রনি লৈনম্না লৈবোন্দা ।।

(ব্রাহৈ) নওগী ময়া অনী পানবা
মীনম্বা থস্মোয়গী লাইব্রাদা
ব্রাহ্মে থব্রায়গী চেক্লাদো ।

(ইশৈ) ওন্ন থোইনা লৈমায়দা তারে
মালং খোঙজেল খোঙলৌনরে,
নুংশি কোলোই শোন্নবু তোইনা
থব্রায় হকচাং কায়নবা তারে ।।০ ।।

# থম্মোয়সু হূবিরে

থম্মোয়সু হূবিরে,
নঙগীসু ওইবিরে,
হুন্দোক্তুনা চৎলগেরা ?

শেমজবা খূদোল লৈহাওগী লৈরেন্নি ।
অচিকপা অহিংগী লোয়নবী লৈরাংনি ।।

হৈপাল লৈপাল খিবিক্তা, শাৎলল্লিবা লৈরাংশিং
নোক্লবিরে ঐহাকপু, নহাক্কীনি হায়দুনা ।।

নাকোই শিৎপা মালংবা লোইন ফিবু ওইরিবা
তাৎ তৌবীরে ঐহাকপু, নঙবু লাক্লে হায়দুনা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# নমীৎসু কুপতে ননাসু তাদে

নমীৎসু কুপতে ননাসু তাদে
করিগী ঐঙোন্দদা য়েংলিবা ।।

পূংজা মশিং খঙদনা, থাজ কয়া হৌখবে
কুমজা কুমওন কয়াসু য়েংবগী লেপ্পা লৈতরে ।।

করি মতৌনো, করি ব্রাখন্নো ?
হংবসু খুমদে, কৌবসু তাদে ?

করি লম্মন্নো ঐনা, নঙগীদমক শিংগদবা ?
লেমহৌদরে ঐগী, ঐগীনিবু হায়নিংঙাই
পিদুনা লোইরেনে, মপোক লাংওন শিগীদি ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## শক্লিসিবু ঈশৈরা

শক্লিসিবু ঈশৈবা ?
কায়নবা মৈচাক্কী মৈখোল্লা ?
মঙলানগী শৈহেক শৈশক্লা ?

নঙবুনে অমুক্তা হায়যুনে
ফমদুনা ঈশৈবু তারিবী
নুংবংবী মায়থোংনা লৈতেংবী ।।

তংখিবা তারাগী মখোলনি
লেমহৌবা মৈখাক্কী মৈখোলনি
কায়খ্রবা থম্মোয়গী খোঞ্জাংনি ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## মণ্ডলান্দা লেংজবা কুণ্ডো পরেং

মণ্ডলান্দা লেংজবা কুণ্ডো পরেং
হৃদুনা পুখবে মণ্ডলান অমদা ।।

লংশিনবিথ্রে খাইনা মৈখুলক্তা
চাকখরে খমুং খাম্বী মৈনুংদা ।।

অরোইবা খোঙ্ছাং লিশিংনা লাউরি
তরং মালং মায়কৈ শিন্না -
লৈহৌরো চংলে মপোকসিমগী
কায়নবা তারে পুক্সিসিমগী ।।

অৱাংবা ৱাখল মৈখুনা পুখরে
নুংশিবা লৈবাং লৈরোন চনখরে ।।

নোংদোল লিক্লানা অহিংদা তেংথাই
লৈঙোই শেক্তানা নুংথিলদা কপই ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## খাইনবা মৈচাক্কী অপাম্বা মৈখুনা

খাইনবা মৈচাক্কী অপাম্বা মৈখুনা
তাঙহনগে ইমীৎসে মমহনগে তাইবংসে
খোঙথাফম খঙদবে লম্মাংলে পুন্সিসে ।।

কংলবা থম্মোযনি লৈকংলা পুন্সিগী
শাববা লৈঙোইনা ফুনজিল্লে ইমীৎসি
মৈশাগী মায়কৈদা চিংশিল্লে থব্বায়সি ।।

পুন্সিগী খোঙচৎতি লাইজগী ঈচেলনি
লমখাংদা তৎনবি ঈপাক্তা তানরি
তত্তনা ঈহৌরি তত্তনা চেন্থুরি ।।

পূক্নিংবু হূরবা মালেমগী লৈতেংনি
মৈচাক্কা কংহল্লি খূৎশেম্মা মাঙহল্লি
অনৌবা মৈযোন্ন নৌহৌনা লৈয়োমলে।।০ ।।

# চম্ন থিজবা লৈরাং নংচদে

চম্ন থিজবা লৈরাং নংচদে
লায়না লেংজবা পরেং নংচদে ।।
কোরৌ নোংদোলগী কুণ্ডো পরেংনি
পিরাং পরেংনি পুন্সি পরেংনি ।।

থদৎপিররে নোংদম্বা বিধিনা
চাইখাইবিররে নীংজবা লৈকোন্দা ।।
থম্মোয় লকাগী থম্বাল লৈকাদা
পুন্দুনা থমজবা কুশ মনানা
হূদুনা পুথ্রে লমলানবা মানা
পুন্সিগী অতোপ্পা তুরেল রাংমদা ।।০ ।।

## ব্রারৌরোই খনবরা নীংঙমদবী (নীংঙমদবা)

ব্রারৌবোই খনববা নীংঙমদবী (নীংঙমদবা)
কাউখিনি খনববা পুন্সিসিদা
কপহৌবে মীৎলুনা কাযনা মৈচাক্তা
কংখবে পিবাংনা নুংশি মৈচাক্তা ।।

লেমহৌবা পিবাংগী তোর্ব্বানথক্তা
লেমহৌবা পুন্সিনা ঈবাক্লবে ।।
নীংঙমদবা, কাউঙমদবা
নুংশিদকো ঐবু নখোয়না ।

অচিকপদসু থাদোকপিদে
ঙাওচৎনবসু লোযনৈদো
অথেংবদসু হুন্দোকপিদে
মঙলৈবাক্তসু পুবিদো
তৃমিন লৈরসু লাপথোকপিদে
চোইবোন লোনবসু তন্বীদো ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## শক্লরোই ঈশৈ হন্না হন্না

শক্লরোই ঈশৈ হন্না হন্না
অরোইবা পিরাং কংদ্রিমখৈ
ঙংলরোই সুরদো ঈশৈদুগী
নুংশিবা শৈহেক তান-রাগিনিদো ।।

নুংশিবা মীনোক মীৎচাননা
পাম্মুবা পিরাং পিরোইননা ।
শকখিনি ঈশৈ নঙগা ঐগা
নীংশিংলি সুরদো নীংঙমদনা ।।

অকাউবা মখৈ খুন্দিন্নফম
কংপ্লবা পিরাং নহৌনফম
শকখিনি অমুক্তং পুন্সি ঈশৈ
অরোইবা সুরগা ৱাংমা লান্না ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# তাক্লখো লাকখো লাউ

তাক্লখো লাকখো লাউ
কনাদা লীয়ুগে নঙগী
লেমহৌবা ব্রাবীসে
হৌবা লোইবা তাংকক্তি
হূদুনা পুম্রে লীখরে
নুংশি কনাগী নাপ্লদা ।।

তাউকো চেক্লা মিংনাইদবী
ঐগী ব্রারীসে তাউকো
চীংলৈবাক্তগী পাইরকপী
চেক্লা নাইতোম তারিবী
ঈংব্রা য়েংউ নুংশি মৈচাক
লৎপ্রা য়েংউ কায়না খোজ্বাং ।।

লেপচবা লেপখো চেক্লা
খোংবা লেপখো - ওঃ
অথেংবা অহিং তাংলৌসিদা
অমুক তোয়না ওৎলরনু
নঙগী ব্রারা খোজ্বাংদুনা
ঐবু থোইনা ব্রাহল্লি ।।০ ।।

# নঙনা ঐবু ঙাওহল্লে

নঙনা ঐবু ঙাওহল্লে
তোখাই তাবে - নাইতোম চৎলে ।।

নোকপা কপ্পা ওন্নবে
হংলাই চুবে - ফাগি পুরে
থকপা চাবা শিল্লরে
মাঙদা হনলে - তুংদা চৎলে ।।

অহিং নুংথিল কায়নবে -
মপাল শাৎলে মহৈ য়ান্দ্রে
পুন্সি লৈরাং কংহল্লে
লৈমল চল্লে - মচু ওল্লে ।।০ ।।

# চেনখিনুকো ঐবু থাদোক্কুনা

চেনখিনুকো ঐবু থাদোক্কুনা
নুংশিবনিকো নঙবু নুংশিবনিকো ।।

লৈরাং অমত্তং: শাৎপা হেক্লিবনি নঙগিনিবু
চেক্লা অমত্তং খোংবা তারিবনি নহাক্লিবু ।।

অহিং খূদিং তূম্বা নত্তে নমিংতবু শোল্লিবনি
লকা খূদিং য়েররনি নুংশি য়াৰা খোঞ্জেলতনা ।।

ঐসু চৎলি নঙগী নাক্তা
নঙসু কৌই ঐগী নাক্তা
অৱা পোৎথা লৈজদে
নুংশি ৱারী লেপচদে ।।০ ।।

# লৈখোক য়াওদ্রবা লৈরাংনি ঐদি

লৈখোক য়াওদ্রবা লৈরাংনি ঐদি
হুমদুনা পুবিরি মালংগী লৈকোন্দা
পোমজহৌই নোক্লা নোক্লা
পোমশাৎননা নুংনাংহৌই
শাৎহৌই পিরাংলক্তা লৈকোন্দুদা ।।

নীংজমখে পোমজবকপা
পোমশাৎনরে উফুল্লক্তা
কনাসু উবিদা কনানসু চিনবিদা
শাৎকম্লরে লৈরাংগী পুন্সি
লম্মাংনরে অহাংবা লৈকোলসিদা ।।

মৈশালক্কী মৈঙালসিদা
করম্না শাৎশিও: শাৎঙমদনা
ঈঙাইথক্কী ঐগুম্বীনা ?
মঙালগী ঝাংমদা মম্লবা
কংলবা লৈকংলা লৈকোলসিদা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## হল্লকখো নঙবু ঙাইখোগবা

হল্লকখো নঙবু ঙাইখোগবা
কৌরিনে ঐনা খূৎলাম তোয়না
পোৎথা চয়োম চাখিসিনে
ফীজি কিসি থোকখিসি ।।

লৈকোল লৈরাং পোল্লক্লি
কংল লৈত্রুক লৈনুংদা
নোংথাং মীৎকপ থোক্লক্লি
চীংদোল নোংদোল নোংলক্তা ।।

খোইমু খোনজেলসু তারকলি
কুণ্ডো লৈরাং লৈকোন্দা
হৈজিং হৈরোনসু হৈরাংলি
নুংশি হৈখন হৈকোন্দা ।।০ ।।

# তমদ্রমাল্লে লাইবকসিদা

তমদ্রমাল্লে লাইবকসিদা
শাৎলু হায়না লৈরাং নওসে
কাংখুনসিদা লৈকোলনুংগী
শেমজরিবা ঐনা থম্মোয়নুংদা ।।

নওনা ঐবু কাউখিবা
ঐনা নওবু নীংশিবা
তুংয়ানগী শমজিনা কপ্লিদো
য়েংনা য়েংনা চোইরিদো ।।

কাউবা তারে কাউরোকো
ঐগীদি করি লৈগনি
ঝাহৈ অমত্তংদদি হায়রম্মু
হায়য়ু নুংদি নুংশিবনি ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# নুংশিরুদ্রবদি নওবু খল্লমদ্রবদি ঐনা

নুংশিরুদ্রবদি নওবু খল্লমদ্রবদি ঐনা
করিগী পিরাং শিন্থরুনি অচিকপদা ফমদুনা
ৱাখল লিশাং থাদুনা ।।

মীৎলুগী নুংশিজবা পিরাংনা খঙবিদবগুম
কপচরুবা মীৎলুবু পিরাংনা থাদোকপিবগুম
নুংশিরুবনা লাল্লব্রা, কপচরুবনা কায়রব্রা ।।

নোংইনগী মতৌগুম ইঙেল্লৈগী পুন্সিগুম
নুংশি ঈখৌ লাংজরগে ।।

তাম্না মানা তেংথাবগুম
চীংনুং হারিনা কপচবগুম
পুন্সি চুপ্পা ৱাজরগে ।।০ ।।

# য়েংবিরক্কনু ইকাইজে

য়েংবিরক্কনু ইকাইজে
নোকপিরক্কনু মিপাইজে ।।

পোমজরক্কিবী লৈরাংনি নৌজরক্কবী শিঙেন্নি
উনালক্তা পোমখিগে থম্মোয় লৈরাং য়োকচখিগে ।।

মমোম শিন্নাক শিন্দমশঙদা লাংলেন ৱাতেম শঙদা
পলেম কোলোই তাজখিগে পম্বৌ য়াৱা ঙাইজখিগে ।।

শুক্ল মন্ন তাইবংপান্নি মণ্ডলৈবাক্তা খোঙদাজরোই
নোংমতগী শাংচবিনী পুন্সি চুপ্না শাংচখিগে ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# কয়া কুইনা পাইখিনি

কয়া কুইনা পাইখিনি
মৈরানবী ওইবা নুংশিবা
অব্রাবা মৈচাক্কী ঙাইহাক
নুংঙাইনা মৈঙালসিদা ।।

অতেনবা নশা অনীনি
কয়া লাপ্পা পাইখিনি ।
ঙংবসু হৈতে খোইমুগুম
কনা নাপ্পদা ঙংলুনি ।।

চাক্লবা থম্মোয় মৈচাক্লি
অচাকপা মৈনুংদা চাক্লনি ।
অরোনবা থম্মোয়গী য়াব্রাসু
হায়দোকপা ঙমদা হল্লনি ।।০ ।।

# কৌবদা তাখি চৎখ্রে মাদি

কৌবদা তাখি চৎখ্রে মাদি
য়েংখিনি কদাযফাও উদ্রবা মহাকপু ।।

লাক্লি ঙসিসু লাকখিনি নোংমগী
অয়ুক্কী ফজবা নুংদাংগী নিংথিবা
হল্লকপা লৈররোই চৎখ্রবা মহাক্তি ।।

ঙাল্লি থাবাসু ঙানখিনি শজিকসু
অচিকপা তাংলৌদা অহাংবা মালংদা
মমখ্রবা থম্মোয়দি মমখ্রনি পুন্সিগী ।।

পোল্লিবা লৈরাং থম্মোয়নুংদা
থাখিবা চারগী (চারনী) নঙগা ঐগা
শাৎলসনু নুংশি পংখৈ ৱাইনা
শল্লসনু ৱাখল থম্মোয় শীন্না ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## কনানো নঙবু শকখঙদবা

কনানো নঙবু শকখংদবা
খোঞ্জেন্না তাম্নাবু ঙমজবা ।।

অথেংবা অহিং তাংলৌদা
ব্রাখলগী চৈনা চৈখোন্দা
ঐগী ঈশৈবু শক্লিবা ।।

থম্মোয়গী কাচিন কোয়য়াদা
চোইজাইনববা চেজেৎকী লম্মাংনরবা ময়েকপু
নুংশি মিংগৌদি কয়ানা নৌহৌনা থব্রায় হাপলিবা ।।

অমম্বা মীৎকী মরুমদা
মীৎস্নানা তগুপ তগুপ্লা
মালংগী অক্লাদা হাইদুনা
পুন্সিগী যাকাইরোল শৈহেকপা
থব্রাযগী মিংগৌরোল শৈশকপা
কনানো নঙবু শকখঙদবা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## চৎলোই হায়রম্মী চৎখ্রবা মানা

চৎলোই হায়বম্মী চৎখ্রবা মানা
মোমোন তৌবম্মী নোক্তুনা মানা,
কযা ৱানা চৎলমগবা চৎনিংদনা চৎখিবদা
কবম তৌনা নোকখিদবা মোমোন তৌনা নোক্লম্বনা ।।

অরোইবা পিরাং কংদরি
নুংশিবা পংখৈ থেংদবি
লমদাই পুংসু থোন্দরি
ৱাখৈ মৈতানসু মুৎতরি
করম্না মদোম চৎলিগবা
লোইনাইদবা লমশাংসিদা ।।

লৈতনা অরৈ শাদুনা
নোক্তুনা নোকশিন্নদুনা
অবা নুংঙাই পুন্সিদা
হরাও মথোই কাখিবা
খূদাং পিফম তৈখিবা
মিকুপ লাংওনসিগিরা ? ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# লম্বী থৎপিনু ঐগী

লম্বী থৎপিনু ঐগী
অকাউ লম্বী থৎপিনু
নীংশিং ৱারী শাবিনু
নুংশি ৱারী লীবিনু ।।

লিরি মালংসু হুম্বীনু
চিক্লা থম্মোয় কাইহৌই
নোংদোন লিক্লাসু তুজুংজে
ৱাখল থম্মোয় ঈহৌনৈ ।।

কাইনা মৈখুলক্তুদা
নুংশি নঙনা লোৎখিবা
ৱাখল ইদোম তুমিন্না
পুন্সি লেল্লু তমখ্রবোই ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# ঐগীদি নঙনা লোইজরে

ঐগীদি নঙনা লোইজরে
নুংশিবসু নঙতনি পামজবসু নঙতনি
অতৈ কনা কল্লক্তে কনাবুসু মিহৌদে।
অথেংবা অহিংগী কোকিলনি
থম্মোয় বসন্ত লৈকোন্দা
পূক্লিং হূনদি খোংলিবী।।

নুংদাংবাই থাবা ওইরিবী
তনিকপা নঙগী নতৌদা
খোঙথাফম খঙদনা য়েংনিংবী।
নোংঙালবাই শজিকসু ওইরিবী
লাঙতকপা থম্মোয়গী রানীনি
কায়ননি খনবদা তুজুংবী।।

থম্মোয় থম্বাল লকাদা
কুম্বি কালেন কাংদনা
ননিং তম্না শাংলুকো।
নুংশি নঙগী নতৌবু
পাম্মু নঙগী নওংবু
খাম্বি বাইনা চাকনুকো।।০।।

# ৱাংকেনবী ৱাকোল্লোই

ৱাংকেনবী ৱাকোল্লোই
ৱাখল মালংগী তাম্বারোই
থম্মোয় থৌইনগী থোই-ন-থোই
লৈরোং লৈনা লৈয়োমলো-ও
পাম্মু পচ্ছেংগী পাম্মুবী ।।
থম্মোয় থৌইনগী থোইথোইবী
পুন্সি পুন্নগী পুন-পুনবী
থোংনা থেঙনা থোইরো-ও
নুংশি নুংঙোলগী নুংশিবী ।।
লৈরোং লৈনা লৈয়োমলো-ও
লৈশা লৈথেক্কী লৈ-শেম্বী
মোমোন 'মোন্নগী মোননোকলো-ও
চান্ন চিক্নগী চান্নবী ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# ফূইনা হপ্পী চেক্লা ও

ফূইনা হপ্পী চেক্লা ও
নোংদোল পক্লা পাইরিবী,
মালং য়াইবী হূমখরে ।।
ৱাংমা লাল্লা পাইখিনু
শাখপ ভূফাং তোয়খিনু
মালং ঈপাক চাওইদো ।।
নুংশি চাদি হল্লকখো
পাম্মু নখৌ পোঙলখো
থম্মোয় লকা ফম্বেদা ।।
থম্মুং সনা পোন্দা
য়াইবী লিশাং থাদুনা
পুন্সি লোম্ন পুল্লগে ।।০ ।।
নুংশিচাদি হল্লকখো
ৱাংমা লাল্লা পাইখিনু
ফূইনা হপ্পী চেক্লা ও ।।০ ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# নক্লবা

তৃম্লোনেসে সেনে সেদ সে,
মঙলান চান্দ নোকসি কেন কে ।।
নোকফেৎ উইকম নোক্ল-নোক্লা নোক,
পেন্দ রাকযৈ তোংসি হোন্ন হোন ।।
থাবল জগোয় থোকশি কোইন কোই,
চিন্নকসি লৈদো লৈযোমলৈ ।।
থোংল থাজ থানিল তম্ন তম,
নোংদোল লাইজ লাংসি পেন্ন পেন ।।
শেমসি হৈবাং চবোং চ্যম্ন চ্যম
থম্মোই নাচোম চিনসি চেৎন চেৎ ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# চিক্লা তূমখুল তাল্লসি চিক্লা

চিক্লা তূমখুল তাল্লশি চিক্লা
মোলাং কাদা নৈবসি ওকলে ।।
নুংহিক হিক্লা য়াইবীদি হিক্লুং
চাক্লা ৱানা তন্নসি মঙ-লৈ ।।
শম্নহৈবী ৱাখলগী থোংসি
লানসি লাক্লি হরাওনা নোকসি ।।
চান্ন নুংশি থেক্লুশি খূৎথেক
মঙলান চানগী মঙলৈ কোন্দা ।।
হাইনা হুম্না ঙাইহাক্কী পূঙ্গোই
পুন্সি ৱারী শারুসি পেন্না ।।০ ।।

## নুজা অমবু

থাবলগী ইপোমদা, নুজাগী থম্মোয়দা
নিকহল্লি তনিক্তি থোইনা তথক্লা।
পারবা লংলাগী লংয়োম লংলক্তা।
শাংহল্লি ফুগাইনা লৈরাংদি কেতকী।
ব্রাখলগী অরোনবা হূদুনা চিপক্লা,
য়াকাইরি য়াব্রাখোল থম্মোয়দি ইতোমতা।
অচংবী উরিদি লেপ্লদুম মঙলান্নি,
তারেনে কোন্দুনা মোল্লাংদি মোনচেপ্লা।।০।।

লৈরাং পেমচা

## নুজা অমদা

হেঃ নোক্লা মথোই কারিবী শানৌ
লোত্তুনা করি থম্মোয় নুংদা
শাৎলিবা থম্বালনো মাযথোংথেন্দ ।।
হাইনা হুম্না লেঙ লেঙ চৎনা
নামিবা খোঙদোই খোঙলৈহনবা
করম্বা পোৎয়োমনো হক্লা লূম্বা ।।
পাক্লবা লাইজ জাগোর য়াইদ
লোৎলিবা করি নুংশি লৈরিক্লুং
শুমহৎপা ওম্বা চীংজাও খোইমুশিং ।।
কৌনু চীংমৈ তমশিন্নবগী
নিনি পানবী থাজ মানবী
ঙাইহাক্কী পূঙ্গোই পূংমারমখো ।।০ ।।

# নাকচেৎ লোৎনা ফল্লিবী

ও: মীয়াম মবক্তা নাকচেৎ লোৎনা ফল্লিবী
তুংয়ান শন্নাং থাদা খাওন্নরিবী,
নোক্তশিন্না নোকশিন্না, খোঙ্খাং মখোল থোকলিবী
কনা মাঞ্জবু উখিনি, ফোংদা ফোংনা লোৎপনো ।।
কেরু কেরু মোমোন্নোক, নুংশি মায়য়োক থিরকপা,
অফোংনরে লোৎলিবদো, মৈঙালদা, মীরক্তা,
ঙামৈ শমদোন চীক্তুনা, লীলা ভাবোক শারিবী
মকোক মমৈ খঙদনা, কোইঙাওনারে মৈঙালদা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# চিপক্ল চিপক্ল ৱারী শাসি

চিপক্ল চিপক্ল ৱারী শাসি নুংশি কোলোই্ নঙগী ঐগী
তৃমিন্না তৃমিন্না য়েংনশিনে নোক্ল নোক্ল মোমোন মোমোন,
হায়নিংবা হায়নিংবা অকাউনসি থম্মোই্ মিহুল চোংনা চোংনা
থাজনা কয়াদি নীংনরকপা উনরগা হ্মাং কাংসি ।।
নোংমদোল কোরৌগী থাজ নঙবু অমুক্তদি ৱাহৌরকউ,
তারকপা লিক্লোনা ঈংজগেনে চাক্লিবসি থম্মোয় অনী ।।
ঙাইহাক্কী তাংলৌনা উনবসি নুংশিবনা খাইনহল্লি,
মতম্মা পিরাংদি ওল্লদুনা তাওথরক্লি ৱাংমা ৱাংমা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## ব্রো: নৌনা শঙ্গা য়ূমজং তল্লিবা

ব্রো: নৌনা শঙ্গা য়ূমজং তল্লিবা
ঐবুতদি খোঙলোই ওইহনবিয়ুকো ।।
নাইতোম তারে ঐদি শঙ্গুলক্তগী
খাক্লা খাক্লা খোংলে লুতোন শাংলেকো ।।
লমথুং লৈতে ঐবু, চান্ন থম্লক্তে
খঙনা খঙনা নঙনা খঙলিবনিকো ।।
চেৎনা চান্না চিক্লা ফজনা য়েংনা
পুন্সি ঈহৌ ঈথোই কাহনবিয়ুকো ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## ঐগী ঈশৈ তারিবী

ঐগী ঈশৈ তারিবী!
মোমোন মীনোক তনৌবী!

কনাগী ৱাখল্দা
কায়না মৈচাক্তা
মীৎলু পিরাং পিবোইনৈ

করিনো লাল্লিবা
নখূৎপু তিংথোক্লা
খূজি মখোল
মালং শহুম
অচিকপনা তাখিনি ।।

ঈশৈদি লোইরে
নহাক্তি তারি
করম্বা ৱাংমগী ঈশৈনো ।
কনাগী নুংশিবা শৈহেকনো ।।০ ।।

# পীনিংবা লৈজেনে ঐগী

পীনিংবা লৈজেনে ঐগী
পীথোকপা ঙমজদে ঐনা

মাঙখিনি হায়বগী চিংনৈ　　হূখিনি হায়বগী কিজৈ।
লোৎপসু ঙমজদে মাঙনৈ　　থম্বসু ঙমজদে ৱাজৈ।।

নোংদম্বা মহাক্কী মায়কৈ　　অচেৎপা থম্মোয়না য়েংজৈ।
অরেপ্পা পূকচেলগী ৱাহৈ　　নীংজবা পূক্লিংনা ঙাইজৈ।।

থম্মোয়গী অরোনবা সোজৈ　　হাংবিয়ু পূক্লিংগী পূক্কৈ।
পুন্সিগী অতাংবা খোজ্জৈ　　চিংবিয়ু অচুম্বা মায়কৈ।।০।।

# পুন্সিগী নীংজবা পামজবা নুমিৎনি

পুন্সিগী নীংজবা পামজবা নুমিৎনি
ঙসিদি থোক্লরে কায়নবা নুমিৎতা ।।
থম্মোয়গী মৈঙালনি কংহল্লে তাইবংসে
ওইহল্লে লৈকংলা পুন্সিগী অয়ুক্তা ।।
নুংশিবা খোম্থাংসু লৈয়েংনা ফাখরে
থম্মোয়গী য়াবাসু লকাদা লৈহৌরে ।।
খাঙবদা ব্বারবা পিরাংগী ঈচেলনি
মুৎহনবা ঙম্মুদে থম্মোয়গী মৈচাক্তি ।।
অরোইবা মৈচাক্তি, অকিবা মৈচাক্লি
ব্বাখলগী মৈচাক্ল থোইনদুম চাকহল্লি ।।০ ।।

# পামজবা দোলাইনি পামজবা মায়থোংনি

পামজবা দোলাইনি পামজবা মায়থোংনি
খঞ্জবা পুন্সিগী থম্মোয়গী লাইনিংনি ।।

নিংথিবা মীৎচিদা চূমথাংনা লৈতেংবা
য়েংগনু য়াদেনে নীংগুমদা থম্মোয়না ।।

মুরবা শন্নাংদা কুরাক্না লৈতেংবা
নিক্কনু য়াদেনে নুংনাংবা পূক্লিংনা ।।

ৱারি কয়াসু, ৱাহং কয়াসু
হংগনু য়াদেনে ৱারৌবা ৱাখন্না ।।

দোলাইনা চৎখিবা পিরাংনা তুংইনবা
অরোইবা ৱাকৎনি অরোইবা খূদোন্নি ।।০ ।।

# মৈচাক খাঙনা শাৎচরকপী

মৈচাক খাঙনা শাৎচরকপী
নুংশি লৈরাং লৈবাক্তে
লাইরা মৈশা নংখিবনা
নাকেল লৈরাং ওল্লবোই ।

লৈরাং নঙবু ঙাইজখিবা
থাশিং কুমশিং খঙদনা
লুরেন পাবোৎ লোনখিবনি ।।

লৈরাংগী লৈকা য়ৌঙমদা
নুংশি লৈনম ফংঙমদা
তাইবং পুন্সি ঝাংমদা
ঙাইবনা ফরন্না লাইবক্তি ।।০ ।।

**লৈরাং পেমচা**

# লৈনম্না ফাজিল্লবা নুজাগী শমজিদা

লৈনম্না ফাজিল্লবা নুজাগী শমজিদা
ঙসিদি কৈদৌরে তখেল্লৈ থেৎত্রদি
পূক্লিংসে তহাইদো চিংনৈনে ওনখ্রবোই
থম্মোয়দো নুজাগী নুজাগী থম্মোয়দো ।।

খোইখোইবা মীৎচিগী নুংশি নঙগী
মীৎয়েংনি, লোন্না য়েংজবা পাম্মুজবা
শক্তম্নি, নুংশি নঙনবু খঙলিদ্রা
পাম্মু নঙনবু উরিদ্রা
খল্লুবগা তুজুংই থম্মোয় পুবা ঙমজদে ।।

তত্তনা কৌজরি ইদোম্মতা তূমিন্না
লোন্না নুংশি নঙবু নঙবুদি তাহন্দনা
নিজরি নঙোন্দা নীংজবা থুংহনবীয়ু
নোংদম্বা মঙোন্দসু তত্তনা নিজরি ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# করিনুংগী থেংনরুবনো নঙশে

করিনুংগী থেংনরুবনো নঙশে
ইমীৎ অসে তাংলম্বনা ফরম্বনি
হায়বসি খঙদে থম্মোয় অসে ।।

নঙনা লাক্লম্মি খঙলম্লবদি
ইশকসে উৎ-লম্লোইদবনি
থম্মোয়সে ঝাহল্লম্লোইদবনি
ইদোম তূমিন খাঙলমগদবনি ।।

হায়ফম খঙদনা তারে ঐদি
চোইনা তারে লৈমায়দা ঙসি
সনরিক পরেং হিকথবগুম্না
থম্মোয়গী লৈনা চোইনা কেল্লে লোইনমক ।।০ ।।

# মীনুংশি উৎপীনু বিদায়গী মতমদা

মীনুংশি উৎপীনু বিদায়গী মতমদা
পামজদে খূদোলপোৎ মৈচাক হেনগৎনবা
নীংজরিবসিনা পুন্সিনি থবায়নি ।।

নগু য়াওদ্রবদা কান্নদ্রে পূম্নমক
অমম্বদা শাৎপি লৈবাং ওইরে
পুন্সিগী ফংলবোই নুংশিগী মণ্ডাল ।।

য়েলহৌঙৈগী বারীগী থৌদোক্রা
তুজুংহল্লি ঐবু থৌদোকশিংনা
পুরনি কাউররোই পছুংফম য়ৌরনি ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# পুন্সি লৈকোলগী খোইমু নঙবু

পুন্সি লৈকোলগী খোইমু নঙবু
পাইরদরে ঙংলদরে
অরেম্বা ওইরে লিরি মালংসে
খোইমু শাখপ্লা হুমদ্রবদা
পুন্সি লৈকোলগী খোইমু নঙবু ।।

কাউবা লৈতে ঙংলম্বা খোনজেল
মুৎহনবা ঙমদে খোইমু খোঙ্গুল
ইরং লংলি লৈরিলক্তা
পুন্সি লৈকোলগী খোইমু নঙবু ।।

মৈশা মৈখু মায়য়োক্লনা,
লৈনা লৈখোক কোন্দুনা খাঙলি,
নোংমগী পুন্সি অব্রাবনা
কুমশিং খঙদা ব্রামিন্নরি
পুন্সি লৈকোলগী খোইমু নঙবু ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## চাক্লো চাক্লো তুম্না চাক্লো

চাক্লো চাক্লো তুম্না চাক্লো
য়াইবী য়াইকোল মিরেল মিকোন ।।

হুমলো ফূইনা তেংনা শিংলো,
খমুং লাংজিং খোয়রেল খাংপোক ।।

তিমেন তাথিল খোয়খা থূম্বা
লেংলো পেন্না থৌনা থিল্লো ।।

নোক্লো খাক্লা কল্লক তম্না
পেল্লো থেঙনা নমীৎ থিংনা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# য়ানসি য়ানসি লৌয়ানসি

য়ানসি য়ানসি লৌয়ানসি
ৱাকচিং থাদা লৌয়ানসি
সনা চরোং চূমহন্‌সি ।।
লুপা চরোং পানগনি
লাঙ্গোল য়োৎলম ফাৎপদি
ফাই্‌রেল থাদি থানুংদি ।।
থাদি লমদা কৌনবী
কৌননুংদা ফাৎপদি
ফৌনা ফৌওই পানগনি ।।০।।

## ঙাঙলবদি লৈরাংনি

ঙাঙলবদি লৈরাংনি
পাম্বদি লৈবনি ।
মঙলানগুম লাম্মী
থেংনরে খঙদে,
পীরে লৌই
খঙদনা লাম্মী,
ময়ানা শায়
কপ্তে কপ্তে তোক্তে তোক্তে ।।০ ।।

ঔরাং পেমচা

# নোং নোং নোং তারেং

নোং নোং নোং তাবেং
কুপফেৎ কাফেৎ নোং তাবেং
জোবো বো বো ।।
নিংথৌ ফদি কংলে
শুমাং থেল্লোং ব্রাইবে
কে কে কে ।।
ঐবু ঐনা খঙনদে
শকখঙ মাযখঙ খঙনদে
ইকাইদা ইকাইদা ।।
ও: ও: ও:
হেদোই হেবাং কামল্লি
কাঙ্গাল্লু কাঙ্গাল্লু ।।
হি: হি: হি:
নে নে নে  হোইযা হোইযা ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

# হায়দোকপা করিগী ঙমহন্দে

হায়দোকপা করিগী ঙমহন্দে
পিরাংবু মরোল থোকপরা ?
অসিবু থম্মোয়গী ব্রাহংলা ?
খঙনিংবা মাগী পাউখুমলা ?

অচিকপা নঙবু ঙাইবদা
পোৎথাফম খণ্ডদ্রে মহাক্তি
ঙাওচৎনা উইনে মীরক্তা
নোক্লুবা থেংনৈ মীতোপ্তা

ব্রাহং পাউখুম লৈজদ্রবা
লোঙ্খোক্তবা থম্মোয়রা ?
তোর্বান'সিবু খাইদোক্লবা
কংশিল্লবা ঈচেলনা ।।০ ।।

# ঙাইরমখো খোঙফম লেঙদনা

ঙাইরমখো খোঙফম লেঙদনা
অঙাংবা লৈয়ি মথক্তা
অঙৌবা ফীজং মরুমদা
মহাও য়াওদ্রে' লৈকোন্দ ।।

থিদনা ফংবা লৈনম চেন্দ্রবা
থম্মোয় লৈরাং নুংশি শিঙেল
পুরক্লি থম্না পুক্সি চেংজেল
মহাও য়াওদ্রে' লৈকোন্দ ।।

কুমগীদি লাইজনা খৌগংলবা
ঈনুংগী মালংনা পচ্ছুংলবা
য়াওরক্লি শুনবু নুংশি খূদোল
মহাও য়াওদ্রে' লৈকোন্দ ।।০ ।।

# নুংশিগী পূক্লেদা

নুংশিগী পূক্লেদা
পলেমগী তম্পাক্তা
লৈকোলগী লৈরাংদা
লৈরাংগী পরেংদা
থাবলগী অহিংদা
অচিকপা লৈকোন্দা
অপোম্বা লৈচন্দা
অশাংপা লৈরাংদা
লাইজনা লৈচিন্দা
মালংগী ইপোমদা

অচংবা মরুনি
খোয়থুম্বা খোমলাংনি
লৈরিক্কী লৈহীনি।
কুণ্ডোগী পরেংনি।
মেরাগী থাবলনি।
তোমশাংপী গুলাপনি।
ইমোমনু চনুনি।
নুংশিগী মায়থোংনি।
মচুগী চুমথাংনি।
তাইবংগী থবায়নি।।০।।

# থাজও ! নিংথিবী মেরাগী থাজও !

থাজও ! নিংথিবী মেরাগী থাজও !
পুর্ণিমা খিবিক্ল নীংজবা থাজও ! ।।
নিংথিবা থানিলগী ফজবা মায়থোংদা
থম্মোয়গী থম্বালসু ফুগাইনা শাৎকাইজৈ ।।
খাওজবা ওমজদে থাবল্লে কুণ্ডালৈ
লাইজবু থক্কিদি থারিকথা থরোলৈ
ফুগাইনা শাৎচরি থাজবু য়েংজরি
খোঁরাংনা য়াজরি থাজগী লিক্লাদি ।।
পাউপুবী শজিক্কি পাখৎপা মায়থোংদা
লোৎচরি লিক্লানা লৈরাংগী লৈকাদা ।।
থাজবী লৈরাংনি উখিনি মতাগুম
মায়থোংবু লাংশিল্লি ফীরুকপু খুমজিল্লি ।।০ ।।

# নীংশিংবা নওবু কাউজবা ঙমজদে

নীংশিংবা নওবু কাউজবা ঙমজদে।
থম্মোয়গী মৈচাক খাঙজবা হৈজদে।।
লেপ্পবা ৱাশক ঙাক্তবা ঙমজদে।
থানবা মতম শোয়নবা হৈজদে।।
চৎখিবা মায়কৈ য়েংদবা ঙমজদে।
হল্লকপা মতম ঙাইদবা হৈজদে।।
নোংদোলগী থাজ য়েংজবা ঙমজদে।
অচিকপা তাংলৌ য়েনজবা হৈজদে।।
তাকপিয়ু মমিং পনজবা ঙমজদে।
হায়বিয়ু কৈনো লোৎচবা হৈজদে।।০।।

# কল্লে অমা পোল্লিবা

কল্লে অমা পোল্লিবা
মঙফাওনরে লৈরোন্নুং
তানয়েরে তাম্নানা

শিঙেল লৈরাং অচুম্বা
মালেম খূয়া থম্বালদা
খোঞ্জেল খোছ্রাং ঈরোইনা ।।

ঈরাক্লরে পুন্সিদো
মায়কৈ শীল্লে শীছ্রে

থম্মোয় পিরাং ঈরোন্নুং
নিংথৌ তুরেল ঈহৌরে ।।

লুপখরেনে তাজমহল
মঙলাক্লরে ঈচেলনুং

মঙলানগীদি তাইবংদ
যমুনাগী ঈরোন্নুং ।।

শাংখরেনে কোমবিরৈ
আ: - চীংদোন্দা

লমফেল নাব্রা নুংশিরৈ
শিরোই চীংগী চীংদোন্দা ।।০ ।।

# ৱাখলগী লৈনম্মা চূরবী নুংশিবী

ৱাখলগী লৈনম্মা চূরবী নুংশিবী
ফুগাইনবু শাংলিবী থাবল্লে ও: লৈনুংশি ।।

থাবলগী পারবা ফীজং হাংদোক্তুনা
থম্মোয় কয়াগী অচিকপা হূরিবা ।।

মোমোন্নবা পিরাংনা চীনবান লৈকা ঈরোইনা
নুংহিক্লবা খোঙ্হোক্লা হায়নিংববু কাউহনবা ।।

থাবলগী থারিক্লা থাবল্লেদা খিক্তুনা
মেঙলবা লৈনমতনা থম্মোয় 'নিবু হূখিবা

লেঙদবা পাম্বীনি থাবল্লে নঙদি নীংশিংলিনি
ৱাখল চোইদবীনি কাউরিরোই লৈরাং নহাক্তি ।।

তত্তনা নিতিগী লৈরাং লৈখোঙ শেংজগে
মীংচাননা লেল্লমসিকো পুক্সিচুপ্পা থাবল্লে ।।০ ।।

লৈরাং পেমচা

## তংখরে ঐগী লিক্লাং পরেং

তংখরে ঐগী লিক্লাং পরেং
চাইখরে পুময়ৈ লিক্লু মরু ।।

অতাওবা লিক্লু লৈবা ফংদবা
পুন্সিগী চৈনানা য়ৈদুনা শাজবা ।।

লিক্লাই পরেংনি তংহৈদবা
তংখরে পুন্সিগী মতং মতং ।।

তাইবংগী লিক্লুনি মাঙহৈদবা
পুমচাই চাইরে মচোই মচোই ।।

মীংতাংবা ঐনী উনা উনা
খুনগংপা ঙমদে য়েংনা য়েংনা ।।০ ।।

# হায়নিংবা ব্রাহৈদি কেন্দুনা তাহৌরে

হায়নিংবা ব্রাহৈদি কেন্দুনা তাহৌরে
নীংজবা লৈকোন্দা অমল্লে ওইহৌরে ।
লৈরাং অমগী লৈকোল অমনি
পুক্সিগী লৈকোন্নি পুক্সিগী লৈরাংনি ।
অমম্বা অহিংদা থাশিগী অহিংনি
পুক্সিগী অহিংদা পুক্সিগী থাশিনি ।
থানিল চাম্মনা নোংদোলদা ঙাছোইরি
থম্মোয়গী অমম্বা শুক্লুম মমহল্লি ।।
লৈরম্মী খঙনবা য়েক্কুনা থনম্মী
থিবদা ব্রারবা অতাঙবা খূদমদি ।।
কাউগনবা মীৎতাংবনি নীংশিংনবা উহল্লি
নূংদা হক্কুনা নূংদা শাদুনা ।।০ ।।

# লৌরি পাবন পনশাবা

(নুপী) লৌরি পাবন পনশাবা
নুজা লৈপুন লৈমাবও
লৌরাং উশি লৌওনবা
পুন্সি লৌকোল লবুক্তা ।।

(নুপা) থব্রান থাগী থাজমানবী
পাখং থম্মোয়গী থাজও
পুন্সি লৈকোল অতিয়াদা
ঙানবিররো লোইয়ুম্বী ।।

(নুপী) নুংশি চাম্মনা শাইওনবা
পাম্মু লিশিংনা নোংদম্বা ।।

(নুপা-নুপী) থাজ খূদিং খোঙচৎকী
নীংশিং লম্বী তাক্লমশি ।।

(নুপা) ব্রাখল থম্মোয় শুমহৎপী
পাইমা পূক্রিং নুংওনবী -

(নুপা-নুপী) থম্মোয় লাইয়ুম হাংলশি
পূক্রিং পনশা খোকলসি ।।০ ।।

# নীংশিংবা

থৌখিডেনি নংগ্রা...

নখোয়গী খোলথীক খোজেল খোঙ্হাংশিংদা
মপুন্সি য়েন্নীং য়েন্নৌত্তি তমখিবা
ঐখোয়গীদি অপোকপা ইপা ইবুংঙো - থবলো
শৈমন্নখিদুনা পুন্সি শৈরাং
তাইবং ফম্বাক থাদোক্লম
কোরৌ নোংমন্নখ্রবা
মখাক্কী থম্মোইদ মচেৎ মচেৎনা ওনখিবা
ঈশৈ ময়েক - শৈরাংগী শৈরুম্ভুম হৈরাংগী হৈকুম্ভুম
তাখিদুনা নখোয়গী শৈত্থাও চেন্নবা সুরগী শৈমায়দা
চিংশিনখিবা রাগগী সিয়োম্মুংদা
মমি তল্লকখি - ময়োল চোংলকখি শৈমায় খিনগায়
শৈনাশিং কাপখোরকখি - শারেপ ফারকখি
পুন্নম্ম ফাওরকখি অপোম্বা-শৈরাং পেমচা
ঈশৈগী শৈরাং চরোং চরোং
শাংকায়রকখি শৈকা ফম্না
মাশংনা কোয়না য়েনখিবা শৈনম
মদুদা কয়াদা-পেজ্জখিরমগবা-মখাক্কা
নীংশিংবা- রাখল শিশাং থাদুনা

লৈরাং পেমচা

-নখোয় খোঙলোইনরসুদু
হুরাও মখোই কামিন্নরসুদু-
চলথন্নিংদ অকাও পরৈ
নীংশিং রাসি পীজবনি
খুদোল 'মওং তমজবনি চন্নবা
কৃষ্ণ জন্ম-ভসি-কোরৌসিদা
মখোকী অরোইবা খোঙচৎকী... ।

কোংবা
আগষ্ট ১৪, ২০০৯

খোঙ্গুল শোকচরিবা
এন.সি. ইবোহল

## ঈশৈবু থৱাই হাপ্পীরব্বা



**ৱাহেংবম সেলুংবা সিংহ (লৈখিদ্রবা)**

অপোকপগী মিং ঃ ৱাহেংবম মেরা সিংহ

পোকপা ঃ১৯২২-১৯৮৮

লৈফম ঃ ৱাংখৈ তোকপম লৈকাই।

মহাক্কী অপোকপা ৱাহেংবম মেরা সিংহ চুরাচন্দ মহারাজ মনা হাক্তক্কী মমিং লৈবা ঈশৈ শকপনি। নোংমা ইনিংথৌ অসিনা মনাইশিং থারক্তুনা মহাকপু ঈশৈ থৌগল তৌনবা কৌহল্লে। ইনিংথৌনা ঈশৈদুদা পেনখিদুনা মশামক্কী গুকশমদগী সনাগী লিক পরেং অমা লৌথোক্তুনা পীবিরকখি। মহাক্কী মচানি সেলুংবা - ঈশৈ খুৎশক কয়া হৈবা, যন্ত্র মখল কয়া পাঙবা হৈবা। মবানি - ধবলো অমসুং সেলুংবা - চহি লেঙ্গা ওইবা লৈকাই মচানি। য়াম্না লুনা তিন্নে - ঙাওরে ঙাওমিন্না ফৈরে ফৈমিন্না। ধবলোনা লল্লোন-ইতিক তৌবনা কোলকত্তাসি য়াম্না তোয়না চৎলি। মদুদা লৈকাইগী মমান্নবশিং অমা-অনী হেক হেক লোইনদুনা চৎলি। মদুদা সেলুংবসু অমনি। নহা ওইরিঙৈ নুংঙাইবা সংসার অমদা তাওরিবা মতমনি। মখোয়না লৈরিবা হোতেলদা নুমিৎ খুদিংগী তৌবা ঈশৈ-নোংমাইগী প্রোগ্রামদা - নোংমদি সেলুংবনা মেনেজরগী অয়াবা লৌরগা যন্ত্র অমা (মখল হংহৌদে তম্বদং তাবনি) লৌরগা খোংলম্মী। মদুদা মেনেজরনা থক্ক-চানবা ফ্রিদা পীরকখি। নুংদাং খুদিং অদুম্না তৌরমই।

আকাশবানী ইম্ফাল লিংখৎলমদাইগী সরভে রিপোর্ট খোম্লবা হোৎনবদা তেপ রেকোর্দর অমা য়ানশিল্লগা চাগনি থক্কনি

কাউবমখে কোয়না চত্তুনা শরুক য়ারমই (মহাক্কী ঈশৈ কয়াগী মনুংদা কাউনিংদ্রবা ঈশৈ অমত্তং "কাউননুসিকো নুংশিবী পুর্ণিমাগী থাজদো"...আকাশবানী গৌহাটি) অসিনি। মণিপুরগী ড্রামা হোল কয়াগী ঈশৈ শকপা, শৈপানবা, শক্তম লাংবগী থৌদাং কয়া লৌরম্মী। ধবলোগী ঈশৈ অয়াম্বা মহাক্না সুর পানখিবনি। মহাক শিংথাবা ম্রাৎলবা মমল য়াম্লবা শৈশকপনি।



**লাইশ্রম ইবোপিশক সিংহ (লৈখিদ্রবা)**

অপোকপগী মিং ঃ লাইশ্রম চাউবা সিংহ

অপোকপীগী মিং ঃ য়াঙম্বম নিঙোল লাইশ্রম ওংবী অমুম্না দেবী

পোকপা ঃ এপ্রিল ২৬, ১৯৩১

লৈফম ঃ কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাই

মহাক্কী মমা ইবেম্মা অমুম্না দেবী মতম অমগী মরৈবাক জগোয় অমদি ক্লাসিকেল ঈশৈ মখল খরা নিংথিনা শকপীনি। মমানা শকপা, মীঙোন্দা তম্বীবা ইশৈশিং তারগা অঙাং ওইনা ঈশৈ নোংমাই পামজবা, হৈনিংবা, খঙনিংবা পোল্লকখি। মেট্রিক পাস তৌরগা রুপমহলদা চঙলকখি। লৈবাক্লা শকখঙলবা ওজা লাইশ্রম গৌরহরি সিংহ, হজারিময়ুম মধু শর্ম্মা, ব্রাহ্মেংবম সেলুংবা সিংহ নচিংবা কয়াগী মফমদা ঈশৈ তম্বা, তুংইঞ্জবা ওইরকখি। লক্ষ্ণৌদগী "সঙ্গীত বিশারদ" পাস তৌই। মণিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় লিংখৎপদা শরুক য়ারকই। ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমদা পাঙথোকপা থৌরম কয়াদা মশাগী ওইবা খূদোল কয়া তমখি। লাইশ্রম গৌরহরিনা পীবা "সঙ্গীত রত্ন এব্রার্ড" ফংখি। "শাস্ত্রিয় তাল প্রবন্ধ" অমদি রুপমহলগী ঈশৈ কয়া মহাক্লা নোতেসন তৌদুনা লাইরিক ওইনা ফোঙলমই। মণিপুর সরকারনা গোল্ড মেদল অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা সঙ্গীত ভুষন (ক্লাসিকেল) গী উপাধি পীবিখি।

মহাক্লা ধবলোগী ঈশৈ কয়া শকখি।



**খুন্দ্রাকপম তম্ফা দেবী (লৈখিদ্রবী)**

অপোকপগী মিং ঃ খুন্দ্রাকপম গুলামজাৎ সিংহ্
অপোকপীগী মিং ঃ লাইশ্রম নিঙোল খুন্দ্রাকপম ওংবী নুপীমচা
পোকপা ঃ ফেব্রুৱারি ২২, ১৯৪০ (ইরাই)
লৈখিদবা ঃ এপ্রিল ৯, ২০০৩

ঈশৈ, ড্রামা, ফিল্মদা মমিং চৎপা মতীং লৈনা থৌদাং য়ারম্বীনি। ঈশৈগী মমিং চৎলবা ওজাশিং - অরিবম শ্যাম শর্ম্মা, জয়ন্তকুমার শর্ম্মা, নোংমাইথেম পাহারী, অহৈবম বুধচন্দ্র নচিংবগী খোঙলোই তুংইন্না তমজরকখি। আকাশবানী ইম্ফালগী শকখঙলবী শৈশকপীনি। মহাক ড্রামাদা লবুকতোংবম শামো শর্ম্মা, এলাংবম জয়চন্দ্র সিংহ্গী মখাদা এক্তিং তন্নকখি। লাংমৈদোং ড্রামাতিক য়ুনিয়ন, এরিয়ান থিয়েটর নচিংবা হোলশিংদা পার্ফোমেন্স কয়া পীরমখি। ''পিদোন্নু'' দা বেস্ত এক্ট্রেস ফংখি। লেদি মেগবেথ, মহারানী গোমতী নচিংবগী রোল কুন্নমই। ফিল্মদা - লাংলেন থাদোই, শম্বল ৱাংমা, চৎলেদো ঐদি... অমদি তেলি প্লে ''লৈবাক্লে'' দা কাউররোইদবা শক্তম লাংলমই।

মহাক্না শকখিবা ধবলোগী ঈশৈদি ঃ-

১) লৈখোক য়াওদ্রবী লৈরাংনি ঐদি...



**সনাতোম্বী দেবী**

(থোকচোম নিঙোল চোংথাম ওংবী সনাতোম্বী দেবী)

অপোকপগী মিং ঃ থোকচোম জয়কিশ্বর সিংহ্
অপোকপীগী মিং ঃ থোকচোম ওংবী ধনবতী দেবী
মপুরোইবগী মিং ঃ চোংথাম ইন্দ্রমনী সিংহ্
পোকফম ঃ শিলেত খুনৌ, বাঙ্গলাদেশ
লৈফম ঃ য়াইস্কুল চিঙাখম লৈরক

মহাক্না চহি ৯ গী অঙাং ওইরিঙৈদা শিলেততগী নবদ্বিপতা পুন্সিগী খোঙচৎ অমা ওইনা খুল হোংলকখি। মফমসিদা বাঙ্গোয় চাওবী দেবী উনদুনা অহানবা গুরু ওইখি। মহাক্না রাসকী জগোয় তম্বীখি। গুরু আনন্দ শোইবোন্দ, গুরু মোইরাংনিংথৌ, ওজা জাপান তোনু দা নিমাই সন্যাস মানভজোন, নৌকা বিলাস নচিংবা তম্লকখি। লুহোংলবা মতুংদা অকাশবানী ইম্ফালগী এপ্রুভ আর্টিষ্ট ওই। ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদা শো কয়া উৎখি। শিলংগী ষ্টেট প্রোগ্রাম অমদা সনাগী তকমান ফংলকখি। "গীত গোবিন্দ" নচিংবগী ওদিও কেসেত পুথোকখ্রে। ওল ইন্দিয়া চাইলদ বেলফিয়ার ওফিসতা ঈশৈগী ওজা ওইরম্লগা "ইস্কোন" গী ঈশৈ ওজা অমুক ওই। হৌজিক ভজন কির্ত্তনগী ঈশৈ শক্লি। নুপা মচা নুপী মচাশিং ঈশৈ তম্বিরি।
মহাক্না শকখিবা ধবলোগী ঈশৈ ঃ-

১) নুংশিরুদ্রবদি নঙবু খল্লমদ্রবদি ঐনা... অসিনচিংবা।



**মোইরাংথেম কুমারসিংহ**

অপোকপগী মিং ঃ মোইরাংথেম নবচন্দ্র সিংহ
অপোকপীগী মিং ঃ মোইরাংথেম ওংবী লৈপাক্লে দেবী
পোকপা ঃ দিসেম্বর ২৯, ১৯৪০
লৈফম ঃ কোংবা উচেক্কোন
শিনফম ঃ হেদ ওফ দিপার্তমেন্ট (ভাইওলিন) শ্রীশ্রী বাল মুকুন্দদেব ম্যুজিক কলেজ

শ্রী মোইরাংথেম কুমার সিংহ ঈশৈগী শল্লাইরবা ওজা গুরু - শ্রী লাইশ্রম ইবোপিশক সিংহ, হজারিময়ুম মধু শর্ম্মা, সনসম ইবোপিশক সিংহ, মোইরাংথেম কুল্ল সিংহ নচিংবা কয়াগী লমজিং মখাদা ঈশৈ-যন্ত্রগী ওইবা কলা বিদ্যাগী লমদা খোঙদারকখি। লক্ষনৌগী বিশারদ (ভোকেল), বাইদ্যা বিশারদ (ভাইওলিন) কোর্সশিং মপুংফানা লোইশিনখি। মহাক ভোকেল ম্যুজিক নত্তনা

মণিপুরী মনোহরশাই অমসুং ভজন কির্ত্তন শকপসু গুরু এস. ইবোতোম্বী, রাহেংবম সেলুংবা, লাইশ্রম ইবোপিশক, এন. তোম্বা নচিংবদগী তমহৌখি। মহাক আকাশবানী ইম্ফালগী শকখঙলবা আর্তিষ্ট অমনি। তোঙান তোঙানবা ঈশৈ-নোংমাইগী শিন্দমশঙনচিংবা লিংবা য়াওদুনা থৌবুরেল কয়াসু ওইরক্লে। মণিপুর সরকারগী মতেংনা "হিন্দুস্তানী ম্যুজিক" অমসুং "রাজ মালিক" কৌবা ঈশৈ লাইরিক ২ ফোঙখ্রে। য়ুমদসু ঈশৈ তম্বীরি। মহাক্না শকখিবা ঈশৈশিংগী মনুংদা - "থাবল লৈরাংনি থাবল্লে..." মীয়াম্না পাম্নবা ঈশৈ ওইখি।



## অসেম বিমোলা

(অসেম নিঙোল চোংথাম ওংবী বিমোলা)

অপোকপগী মিং ঃ অসেম ব্রজবিধু সিংহ

অপোকপীগী মিং ঃ অসেম ওংবী ইন্দুমুখী দেবী

মপুরোইবগী মিং ঃ মেজর চোংথাম বিজয় সিংহ

লৈফম ঃ য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই

পোকপা ঃ জনুৱারি ২৯, ১৯৪২

শিনফম ঃ সেনিয়র লেকচরর (ভোকেল ম্যুজিক) শ্রীশ্রী বাল মুকুন্দদেব ম্যুজিক কলেজ

অপোকপা মপা নৌনা কায়নখি। অদুবু পুন্সি খোঙচত্তি লেপ্তুনা চৎপা তাবনা অঙাং ওইনা থম্মোয়না পামজবা থম্মোয়গী ঈথিল অমদি তুংদা পুন্সিগী অরংবা মঙাল অমা ওইরক্কদৌরিবা - ঈশৈ শকপা, জগোয় শাবা, ড্রামা য়াওবা অসিনচিংবা শকওং শক্তম কয়াদা খোঙদারকখি। ভাতখন্দে সঙ্গীত বিদ্যাপিথ তগী সঙ্গীত বিশারদ, নিপুন লোইশিনখি। এম.ডি.য়ু, রুপমহল, জয়গী তুরিং ড্রামাদা শক্তম কয়া লাংলকখি। মরৈবাক জগোয়, পাসখেলা গী শাথেক কয়া শিংথানিংঙাই ওইনা য়াওরকখি। ত্রিনাথ ঈশৈ কয়াসু য়াওরকখি। আকাশবানী গৌহাত্তিদগী এগ্রেড সিঙ্গর ওইরকখি।

বেলে জগোয় শক্তমসু মমিং লৈনা য়াওরকখি। "বি-হাই গ্রেদ" কী আর্টিষ্টনি। মণিপুরী সিনেমা কয়াগী শৈশকপীনি।
মহাক্লা শকখিবা ধবলোগী ঈশৈ ঃ-
১) লাল্লবনি ঐদি নঙোন্দা...
২) খুরুমজরি ইমা অয়ুক লাইরেম্বী...
৩) মেল্লৈ লৈম্না নোংজুমপাল...
৪) ব্রজগী লীলা লোইরকপদা...



য়াংনু গোলমৈ
মপুরোইবগী মিং ঃ কাগুংগা গোলমৈ
পোকপা ঃ জুলাই ১৫, ১৯৪৯
লৈফম ঃ কৈশামথোং

মৈতৈ শৈরোল য়াহৈবু - অপুংবা মনারক্ত - জাতিকুপ্পী ঙৌরোক ঙৌরোক লল্লপ লল্লপ শাৎকায়রকপগুম - ফজরবা পূক্লিং হূরবা খোঞ্জেল কয়াদা ঈশৈ কয়া মীয়ামদা খূদোল তৌরমখিবী কবুই চনুনি। মহাক আকাসবানীগী শকখঙলবা শৈশকপীনি।
মহাক্লা শকখিবা ধবলোগী ঈশৈ ঃ-
১) লেপ্পুই ঙসিসু ইমাগী থোঙ্গালদা...



গুরুময়ুম শ্যামকহ্নাই শর্ম্মা
(জেন্তু শ্যামকহ্নাই)
অপোকপগী মিং ঃ গুরুময়ুম ইবোমচা শর্ম্মা
পোকপা ঃ ওক্টোবর ১৫, ১৯৫৩
লৈফম ঃ চিংঙামথক, ঙাক্রাবা লৈরক, ইম্ফাল

নুপীগী খোঞ্জেল অমসুং নুপা-নুপীগী খল্লাং ঈশৈ মতৌ তমদুনা শকপদা তোমথীন ওইবা লম্না লৈতনা শাফোংলকখিবা - তোপ তোপ্পা শ্যামকহ্নাইনি - মিংথোল অমগা - জেন্তু

শ্যামকহাই। অহল লমন্না ঈশৈ শকপসি কয়া পামখিদে অদুনা তুমিন্না হুরান্দুনা ঙংখিবনি, কাচিন কোয়াদা - মতমদুগী মমিং লৈরবা ঈশৈশিং চিন্দা পুবা খরা খরা। লোন্না তুমিন্না ঙংখিবা ইশৈদু থোৎ-নৌরবা নুপী খোঞ্জেল ওহোরকখি। মানখিবা, মান্নখিবদু মালেমগী ইশৈ তাইবংদা নৌনা খুদোল তম্বনি হায়বা য়াই। মশাগী চহি ১৬/১৭ শুরকপা মতমদগী নুপা-নুপীগী খোলহীক খোহোক কয়াদা ঈশৈ শকপা হৌরকখি। লোৎপা য়াখিদে - মীয়ান্না মশক য়েংনিংবা মখোল তানিংবা - জেন্ত শ্যামকহাইনি।

মহাক্না শকখিবা ধবলোগী ঈশৈদি ঃ-

১) হুদা হু হাপচিল্লগা পিথকপিরো... অসিনচিংবা।

## ব্রাংখৈরাকপম চন্দ্রসখী দেবী



অপোকপগী মিং ঃ ব্রাংখৈরাকপম তামরধ্বজ সিংহ

অপোকপীগী মিং ঃ ব্রাংখৈরাকপম ওংবী মংলেম্বী দেবী

পোকপা ঃ জুলাই ১৯, ১৯৫৫ (ইরাই)

লৈফম ঃ নোংমৈবুং ব্রাংখৈরাকপম লৈকাই

শিনফম ঃ ঈশৈ ওজা, বাল ভহন, খুমন লম্পাক

ইমুংগী মীপুম খুদিংমক কলা বিদ্যাবু পামজবা ওইবনা মশামক অঙাং ওইনা চহি ৮-৯ দগী মতম ঈশৈ, নট সংকির্ত্তন, লীলা, ড্রামা, জগোয় কয়া তমদুনা শরুক য়ারকই। মমিং লৈনা শক্লাইরবা ওজা কলাজি, ওজা সুবোন, ঐগ্যা নন্দ শর্ম্মা, ওজা বাবু, ওজা তোম্বীনচিংবা গুরু কয়াগী মখাদা কলা বিদ্যাগী তোঙান তোঙানবা মহৈশিং তম্নকখি। গোভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজদা ''সঙ্গীত বিশারদ''তা ফার্স্ত ক্লাস ফার্স্ত ওই।

এম.ডি.য়ু, রূপমহল, এরিয়ান থিয়েটর অমদি অতৈ হোল কয়াদা মশক নাইবী শক্তম লাংবী অমা ওইরকখি। বেস্ত এক্ট্রেস, সেকেন্দ বেস্ত এক্ট্রেস কয়া ফংলকখি। মণিপুর অমদি মপাল লমদা

পাঙথোকপা ঈশৈ নোংমাইগী থৌরম কয়াদা শরুক য়ারুবদা মনা মথুম কয়াসু ফংলকখি। এ.আই.আর. ইম্ফালগী দ্রামা আর্টিষ্ট (১৯৭৬), বি-হাই (১৯৭৭), ঈশৈদা (১৯৭৯) এগ্রেড ফংই। দি.দি.কে. ইম্ফালগী প্রোগ্রাম কয়াসু শরুক য়ারে লোয়ননা প্রোগ্রাম কয়াসু পুথোকখ্রে। ফিচর ফিলম "লাংলেন থাদোই", "থবা" অমদি দোকুমেন্তরি ফিল্মশিং অমসুং আই.এস.ভি. গী প্রোগ্রাম কয়াদসু শরুক য়ারে। মশানা ঈশৈ শকপী ওইবনা অয়াম্বা ঈশৈদি মশানা শকচৈ।

"শুক্রা মন্নবা থাশিগী অহিংদা..." হায়না শৈহৌবা ঈশৈসিনা মহাক্কী ওজা ধবলোগী ময়েক্তা ইহান হান্না শকখিবা ঈশৈনি।



## হামোম নব সিংহ

অপোকপগী মিং ঃ হামোম অমুবা সিংহ

পোকপা ঃ মার্চ ১, ১৯৫৫

লৈফম ঃ সেগা রোদ থৌদা ভাবোক লৈকাই

শিনফম ঃ ইদুকেসন দিপার্তমেন্ত, মণিপুর সরকার

"লাক্লনি য়ুমগী মৌদি... হবাই মতোল..." মহাক্কী নহা ওইরিঙৈ ইনখৎলক্লিবা মতমগী মীয়াম্না নুঙায়বা তাম্বাগা লোয়ননা তাখিবা রেকোর্দ ঈশৈনি। ওল্লিঙৈ মতমদগী ঈশৈ, দ্রামা, ঈশৈ-লিলা কয়াদা মশক নাইনা খোংদারকখি। মহাক মশাগী ওইবা শৈহেক শৈদা অমদা ঈশৈ শকপনি। আকাশবানী ইম্ফালগী শকখঙলবা শৈশকপনি। ঈশৈ সংস্থান "শ্রুতি সঙ্গম" গী সেক্রেতরি ওইরি। সংস্থান অসিনা মহাক্কী লমজিং মখাদা ধবলো গী ঈশৈ ময়েক কয়া শক্তুনা মীয়ামদা খুদোল তম্বীখি। ঈশৈ তম্মিংবা অঙাং খরসু ময়ুমদা ঈশৈ তম্বিরি।



## হিদংময়ুম রোমা দেবী

মপুরোইবা ঃ এসএইচ. মুহিদ্রো শর্ম্মা

লৈফম ঃ বিষ্ণুপুর কৈথেল

মপাম ঃ থিনুঙ্গৈ

পোকপা ঃ ডিসেম্বর, ১৯৬২

মহৈ-মশীং ঃ ১) গ্রেজুয়েত ২) সঙ্গীত বিশারদ

শিনফম ঃ ম্যুজিক তিচর, জবাহর নবোদয়া বিদ্যালয়, খুম্বোং

মহাক্কী মপুরোইবনা মহাকপু নুংশিবনা মহাক্কী পামজবা ঈশৈ শকপা হায়বা শিনফমসিদা মতেং পাংবী অমসুং মনীংতম্ন থাদোকই। মসিমক্তা মীয়াম্নক্তা মাই পাকপী শৈশকপী ওইখিবনি। কনাগুম্বনা তম্নকই - লুহোংবা নুমিৎ ফাওবদা ঈশৈ শকহল্লি - অচুম্বরা খণ্ডদে। হৌজিক্কী ওইনদি, সরকারগী থবক অমা তৌরবা অমদি খোঙবুরোইশিং তপ্ন-তপ্না কায়নরকপা কয়াসিনা ঈশৈ শকপা চৎপা, য়াওরুবা পূম্নমক থাদোক্লে। মতমগী অনৌবা শৈহেক শৈদাসিদা চঙলবসু মায় পাক্কদবা মান্দে শক্লরোই, শরুক য়াররোই। স্কুলগী অঙাংশিংবু তুংগী মঙাল অমা ফংজনবা লমজিং লমতাকপিবসিনা নীংবা থুংবা ওইগ্রে।

মহাক্না শকখিবা ঈশৈ খরদি ঃ-

১) লৌরি পাবন পনশাবা... (দুয়েত) - থিয়াম চাওবা (ম্যুজিক - ব্রাহেংবম সেলুংবা)

২) মীনুংশি উৎপিরনু বিদায়গী মতমদা...

৩) কোম্বীরৈ কোম্বীরৈ...

(মচালৈমগী শক্তিবু নোংমা পানবা চহি হৌবা থৌরমদা চহি খুদিংগী শকখিবা)

নীংশিংলগা হায়রকই - "ঈশৈসি চহি খুদিংগী শক্লম্বনি। কুইরে য়াওবা ঙমখিদবা হৌজিকপু কনানা শক্লিবা খণ্ডগ্রে।"



**মোইরাংথেম মধুবালা দেবী**
অপোকপগী মিং ঃ মোইরাংথেম থম্বালঙৌ সিংহ
লৈফম ঃ নিংথৌখোং বাজার
মপুরোইবগী মিং ঃ মাইস্নাম মনিকান্তা সিংহ
লৈফম ঃ নাচৌ মখা লৈকাই, বিষ্ণুপুর
মহৈ মশী ঃ ১) বি.এ. ২) সঙ্গীত বিশারদ
শিনফম ঃ ম্যুজিক তিচর, জবাহর নবোদয়া বিদ্যালয়, বিষ্ণুপুর
পোকপা ঃ ফেব্রুৱারি ১, ১৯৫৮

অঙাং ওইরিঙৈদগী ঈশৈ শকপা পাম্না হৌরকখি। অপোকপা মপানদি শুকয়া য়াখিদে। স্কুল অমসুং লৈকাইগী থৌরমশিংদা তূমিন তূমিন য়াওদুনা মনা-মথুম কয়া ফংলকখি। অসি ফাওবদসু মপানা য়াখিদে। মরুপ-মপাং, শাগৈ ঙাইশিংনা হায়বা ফাওবা - "নুপীনা ঈশৈ শকপা পামদে" হায়দুনা য়াখিদে। মমা অমদি অতৈ ইমুংগী মীওইনা লোন্না থুপ্না মতেং পাংদুনা হোৎনবীখি। মহাক্কী মনাওনুপী অমদি ঈশৈ মপুংফানা তমখি। সরকারগী থবকসু ফংখি। অদুবু মহাক্তি নৌনা য়ূম পান্দুনা মসিগী খুদোংচাবসি ফংখিদে। নোংমা মহাক্কী মপানা নুপা ময়ূমদা লাক্তুনা মহাক্কী হৌখিবা রাখলশিংবু নীংঙন্নক্তবগী রাবী কয়া লীদুনা ইনৌ নৌনা ঈশৈ তম্নবা হায়রখি। অহল লমন য়ানদুনা ঈশৈ-তম্বা হৌখি। মতমদু মহাক মচা লৈরে। ইম্ফাল তান্না ঈশৈ তম্বা চৎপদা নুমিৎ খূদিংগী মপানা কৈশামপাৎ ফাওবা বসতা থিল্লি মফমদুদা ওজা মেঞ্জোরনা ওকই। অসুম্না য়াম্না চেকশিন্না সঙ্গীত শাস্ত্র অসি তম্লকখি। অসুম্না সঙ্গীত বিশারদ লোইশিন্দুনা জবাহর নবোদয়া বিদ্যালয়াদা ঈশৈগী ওজা ওইনা থবক চঙই। হৌজিক্তি পামজরম্বা ঈশৈ শকপগী আশা অদুসু ময়োন চোংদ্রে - য়ূম্বাল্লোল অমদি স্কুলগী থবকসিনা অহেনবা মতম ফংদ্রে। স্কুলগী ঈশৈ তম্বীদুনা তুংদা হৌরক্কদবা অঙাংশিংবু সুর রাগগী শৈহৌ তম্বীবনা পামজরম্বা নীংজরম্বা অদুগী পোৎথাফম ওইনা লৈরে। অমুক হন্না

লৈরাং পেমচা

লাক্লরোইদবা পামজনম্বা পেঙ্গরম্বদু নীংশিংলুরগা পিগী ঈথক হৌরকপা নত্তনা করিসু ঙমদ্রে - পুল্লিনা মতমনা।

মহাক ১৯৭৭ তা এ. আই. আর. ইম্ফালগী শকখঙলবা শৈশকপী ওইখি, মহাক্লা শকখিবা ঈশৈ -

১) শোনবিরনু লাইবাদো...

২) থম্মোয়সু হূবিরে নঙগীসু ওইবিরে...



**সুরজ গোস্বামি**

অপোকপগী মিং ঃ ইবোতোন গোস্বামি

অপোকপীগী মিং ঃ ১) মোমোন গোস্বামি
২) রাধারাণী গোস্বামি

লৈফম ঃ কোংবা বাজার

পোকপা ঃ ফেব্রুবারি ৩, ১৯৬০

মহৈ মশীং ঃ ১) বি.এ. ২) সঙ্গীত অলংকার (এম.এ. ম্যুজিক)

শিনফম ঃ ম্যুজিক তিচর, তম্ফাসনা গার্লস হায়ব সেকেন্দরি স্কুল, ইম্ফাল।

অঙাং ওইরিঙৈদগী ঈশৈ পামজবা অমা ওইনা হৌবকখি। মহাক্লা শকখিবা মিরাগী ভজনশিং - ভজন কির্ত্তন তাবা হৈনদবা মীওই ফাওবা শুমহৎনা তানখি। ৱাহেংবম সেলুংবা, লাইশ্রম ইবোপিশক, জলপা প্রসাদ মিশ্র (বেনারস), পণ্ডিত জগদীশ মোহন (নিউ দিল্লি), পণ্ডিত শিক্ষক গুরুশিংদগী সঙ্গীত শাস্ত্র তম্লকখি।

মহাক্লা শকখিবা ঈশৈ -

১) মালেম নুংশিবী তাইবং থৱায় কোল্লিবা...



## খ্বাইরাকপম সিদামজাও সিংহ

অপোকপগী মিং ঃ খ্বাইরাকপম মোমোন সিংহ
অপোকপীগী মিং ঃ খ্বাইবাকপম ওংবী চাওবী দেবী
পোকপা ঃ জনুবারি ১, ১৯৫৮
লৈফম ঃ অব্রাং সেকমাই মযাই লৈকাই, সেকমাই
শিনফম ঃ এমপ্লোইয়ী, পি.ডব্লিউ.দি, ইম্ফাল

শৈশকপা অমা ওইবা পামজবদগী ঈশৈ শকপনি। ওজা গুরু নাইনা শৈদমফম চঙনা তম্লকপা নত্তে। তাবিবা কয়ানা থম্মোই তানা তাবিবা ঈশৈ খবা শকচরম্বদগী মতম ঈশৈ শৈশকপা অমা ওইখিবনি। মহাক্কী হোৎনজমলনা আকাশবানীগী শকখণ্ডলবা শৈশকপা অমা ওইখি।

মহাক্না শকখিবা ধবলোগী ঈশৈ ঃ-

১) হায়দোক্লম্লোই পুন্সিসিগী...
২) হায়য়ু লৈরাং লৈনুংশি... অসিনচিংবা।

----





## নোংথোম্বম ধবলো সিংহ

অপোকপা - নোংথোম্বম কহ্নাই সিংহ

অপোকপী - ৱাংখৈরাকপম নিঙোল নোংথোম্বম ওংবী তোনশিজ দেবী

পোকপা - ১৯২২

লৈখিদবা - আগষ্ট ১৬, ২০০৬

লৈফম - কোংবা নান্দেবম লৈকাই, ইম্ফাল

মহৈ - মেট্রিক্যুলেত

মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈ মতমদু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অয়োবী থাক্কী মণিপুর ওইরম্বনা অঙাং ওইরিঙৈদা কৃষ্ণ, নিত্যাইনন্দ নচিংবা শারম্মী। নহা ওইরকপা মতমদা "রঙ্গশ্রী" কৌবা ড্রামা হোল অমা ৱাংখৈ তোকপম লৈকাইদা লিংখৎলকপগী থৌদাং কয়া লৌবগা লোইননা মরু ওইবা শক্তম কয়া লাংখি। মতম অদুদগী থম্মোই খোঙেল ওইবা ইশৈ কয়া ইবা হৌখি। মতম অমগী মেঙ্গবেল বাজার (থাঙ্গাল বজার) দা মখল কয়াগী পোৎ য়োনবা দুকান অমা ফল্লম্মী। মসিগী মতুং তারকপদা তেক্নিকোতেক্স (Technicotex) হায়না মিংথোনবা পার্তনর্শিপ ফার্ম অমগী হেন্দলুমগী পোৎথোক পুথোক্নুনা য়োনবগী থবক হৌখি। গ্রাফতা ফি ময়েক য়েকপা, অচম্বা সুনা থরাক্তগী জালা, দোবী, জেক্কার্দ নচিংবা কয়া পানখৎতুনা মখল কয়াগী ফিগী পোৎথোক পুথোক্লমই। মতম অসিদসু ইশৈ ইবা, শকপীনবা মীওই উম্নদুনা শকহনবনচিংবা লেপ্তুনা তৌরমই। পুন্সিগী পাঙ্গল লৈরিবা ফাওবা ইশৈ ইরমই।

ISBN 978-81-906458-3-6